# মালিনী

কবিগুরু

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর

অনুবাদক

শ্রীলোৗরেম্বম্ ইবোয়াইমা সিংহ

প্রকাশক ঃ—

শ্রীলৌরেম্বম্ ইবোয়াইমা সিংহ

ৱাঙ্খে লৌরেম্বম্ লৈকাই।




অহান্ব সংস্করণ—১৯৬৮

কোপী—৬০০



মমল

সাধারণ লুঃ ১·৫০

পাকা লুঃ ২·২৫

মুদ্রাকর ঃ—

J. M. Printing Works.

Moirangkhom, Janmasthan.

## শান্তি পাঠঃ

ওঁ ভদ্রং কর্ণেভিঃ শৃণুয়াম।

ওঁ তাজসনু ইনাকোনা মঙ্গল বাণী।

ওঁ শান্তিঃ! শান্তিঃ!! শান্তিঃ!!!

*Extract copy of letter no. PER/7206 dated 1/5-3 1968 from the Director, Visva-Bharati to Sri L. Iboyaima Singh.*

---

Re : Manipuri translation of Rabindranath Tagore's "**Malini**"

× × × ×

You have our non-exclusive permission to publish the above translation on advance payment of a lumpsum token royalty of Rs. 50/- for the first impression of 600 copies only.

× × × ×

---

**VISVA-BHARATI**

No. 1138 Dated 20-4-1968

Received with thanks from Sri L. Iboyaima Singh, Wangkhei Lowrembam Leikai, Imphal, the sum of Rs fifty only on account of permission for printing 600 copies of Manipuri translation of Tagore's "**Malini**".

---

# সূচনা

মালিনী নাটিকাগী মপোক্কী বিশেষ ইতিহাস অমথক্ লৈ, মচু স্বপ্নগা সম্পর্ক লৈনৈ। কবি কক্কন্দা দেবীনা স্বপ্নদা আদেশ তৌবিরম্মী মহাক্কী গুণ কীর্ত্তন তৌনবা। ঐগী স্বপ্নদা দেবী আবির্ভাব তৌবিরম্‌দে, তৌরম্মী খাইনা মনঃগী গভীর আত্মপ্রকাশ (self-manifest) অমথক্ অতূম্ব-বুদ্ধিগী সুবিধা লৌহুনা।

লৈরম্মী মতম অহুদা লণ্ডন্দা। নিমন্ত্রণ লৈরম্মী প্রিম্‌রোজ হিল্‌দা তারক পালিতগী ময়ুমদা। প্রবাসী বাঙালীশিং মহুদা নম্না তিল্লম্মী, অহুগা মহুগা লোয়ননা চাক্‌চা-হৈজানবসু চথবম্মী। মরাং মরাং তৌবদা অহিং থেঞ্জিবম্মে। অহিং অহুক্ থেঙ্‌বদা ঐনা লৈব-য়ুম্‌গী থোঙ্‌জিন্দা শরিক্ খীংহুনা খঙ্‌হৌদনা পংহল্লুরবদি য়ুম্বুনা মচু খাঙবা ঙম্মোই, অহুনা পালিত সাহেবনা অনুরোধ তৌবদগী মহাক্কী অহুদা অহিং লেক্লবা তৌরম্মী। যম্মুংদা হিপ্‌থব মতম্ ফাওবা নিন্‌থোংবগী নিত্যাইবোং চথরম্মী, মমূং তাদনা ঐ উরোন্ উরোন্ তূম্লম্মী।

মতম্ অহুদা মঙ্ মঙ্‌লম্মী,—ঐগী ইমাঙ্‌দা নাটক অমগী অভিনয় উৎলি। বিষয়দি বিদ্রোহগী চক্রান্ত ( conspiracy ) অমনি। বন্ধু অনিগী মরক্তা বন্ধু অমনা কর্ত্তব্যানি থন্দুনা মচু তাক্‌-থোক্লম্মে রাজাগী মফম্‌দা। বিদ্রোহী বন্দী ওইহুনা লাক্লম্মী রাজাগী মমাঙ্‌দা। মৃত্যুগী মমাঙ্‌দা মাগী শেষ ইচ্ছা থুংহন্নবগীদমক্

মাগী বন্ধুবু মাগী মনাক্তা পুশিল্লম্মী, মথুং অনিগী য়োংহল্লিংনা মকোক্তা থাদুনা বন্ধুবু লৈমায়দা তুহল্লম্মী।

মিকপ্‌ থোক্‌পদা ঐবু ওক্‌হল্লম্বা অদু মসিনি—ঐগী মনঃগী ভাগ অমনা শ্রোতাত ওই, অতৈ ভাগনা লৈশিল্ল নাটক অমা। ময়েক্‌ শেলবস্থু শেংদ্রবস্থু রা-ভাঙ্‌নবগী ধারানা রারি ওইহন্দুনা চত্থরম্মী। য়াহৌবদ, ঐনা মদু নীংশিংবা ঙম্মদে। পালিত সাহেবতা মনঃগী ক্রিয়াগী ( action ) অঙক্‌পা অসি থঙ্‌হল্লম্মা। মহাক্তি মসিদা বিশেষ উৎসুকতা (eagerness) ফংলম্মদে।

অদুবু মতম কুইনা স্বপ্ন অসি ঐগী য়াহৌবব মনঃগী মনঃদা হুঙ্গৎ-হন্দা চৎলি। মমৈদা য়াম্না কুইরবা মতুংদা স্বপ্ন অসিগী স্মৃতি নাটিকা মওং লৌরগা শান্ত ওইখি।

অস্তুম্‌ থল্লি নাটিকা অসিদা ঐহাক্কী রচনাগী বিশেষত্ব ( Speciality ) খরা অমা লৈবা অদু অনুভব তোংবম্মী অনিরক্‌ শুবদা ঐনা ইংলণ্ডদা লৈরিঙৈদা মসিগা ইংরেজি অনুবাদ কনাগুম্ব ইংরেজ বন্ধুনা মমিত্তা উবা মতমদা। অহান্বদা থেংনরম্মা মসিনা আর্টিষ্ট রোটেন্‌ ষ্টাইন্‌গী মনঃবু বিশেষ ওইনা চিংশিল্লম্মী। করি করিগুম্বদা মসিবু মহাক্কী য়ুমদা অভিনয় তৌনবগী ইচ্ছাস্থু মহাক্কী লৈরম্মী। ঐনা খল্লম্মী, নাটক অসিগী প্রধান চরিত্রশিং মহাক্কা শিল্পীগী মনঃদা মৃত্তি পান্দুনা ময়েক্লানা থোরক্লে। মদুগী তুংদা নোংমা ট্রেভেলিয়ানগা মচিন্দগী মসিগী সম্বন্ধদা মন্তব্য তারম্মী। মহাক্‌ কবিনি অমসুং গ্রীক সাহিত্যগী রসজ্ঞনি। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রম্মী— নাটক অসিদা মহাক্না গ্রীক নাট্যকলাগী প্রতিরূপ

(Picture) উই। মসিগী অর্থ করিনো হায়বদু ঐদি পুমখঙ্ খঙ্লম্‌দে; মরম্‌দি অম্নবাদ খর খর পারম্মাদি হায়ববু গ্রীক নাট্য ঐগী অভিজ্ঞতাগী (experience) ৱাংমদনি। শেক্সপীয়াবগী নাটক ঐখোয়দাদি বরাবর (accurate) নাটক্কী আদর্শনি। মসিগী মশা য়াম-লোঙ্বা বৈচিত্র্য (Variety) শীন্নুংবা অমম্ব ঘাত-প্রতি-ঘাতনা (action-re-ac.ion) অহাম্বমক্তদগী ঐখোয়গী মনঃবু অধিকার তৌই। মালিনাগী নাট্যরূপ নিয়ম নাই, চোইথোক্কে অদুগা দেশ-কালগী প্রাবান থায়দোক্কে। মসিগী বাহিরগী মশক্ মতৌগী সম্বন্ধদা তাবম্ব মোং অদু মসিনি। কবিতাগী মর্ম সারদু অহাম্বদগী রচনাগী মনুংদা খঙ্না খঙ্না থাজিনহোন্নবদি কবিগী মযম্‌দসু মদু প্রত্যক্ষ ওইরক্পদা থীন্না থোক্ই। ভসি ঐনা খভিভ —মালিনীগী মনুংদা কবি ৱানো অপুম্ অম্নন্ ইরক্পদা থোরক্কুনা গৌণ-ওইনা (indirectly) হাইরপ্ গোচর (cognised) ওইরম্মী। আসল ৱাদি, মনঃগী থাঙ্গৈশেংব অচক্পগী থক্-খা ওন্বা অমা মদুগী মনুংদা উথোবক্ই।

ঐগী মন-মনুংদা ধম্মগী প্রেরণা (inspiration) মতম্ অদুদা গৌরীশঙ্করগী অৱাংব মতোন্দা অচৌব মক্তুব উন্ মপেগুম্না মক্তনা নিংজিং-মাংজিনদনা চপ্ লেপ্তুনা লৈরমদে, মদু শিন্নবক্কুনা মীরম্লেন্দা বিচিত্র মঙ্গল ওইনা, মৈত্রী (friendship) ওইনা মশাবু প্রকাশ তৌবা হৌরক্লে। বিকার লৈতব তত্ব নত্তে মদু, মূর্ত্তি শাক্ষম্‌গী লৈপাক্লা নুংনা অঙকপ মওং লৌহুনা মীবু মানা ফুম্বংহন্নবা লাক্লম্‌দে। করিগুম্ব দৈববাণীদা মানা আশ্রয় তৌরম্‌দে। সত্য

স্বভাব ওইবা অমসুং অন্তরদা চাং-লৈতব করুণা লৈব মী অমুগী অন্তঃকরনদগী মপুংফাব মানব দেবতা (human diety) অসিগী আবির্ভাবনা (manifestation) মী অতৈগী চিত্তদা মমি তানরি। শাস্ত্রগী, পুরাণগী ধর্মগী চয়েৎ-খোয়েৎনবমু ( complexity ) থিন্গাইরবতদা মসিগী অচুম্ব স্বরূপ প্রকাশ ওইবা য়ায়।

ঐগী মোৎ অসিগী সত্যাসত্য নৈনদোবা নত্তে। বক্তব্যদি অসিনি, ভাব অসিগী মথক্তা মালিনীনা মশামক্না নিজবু প্রতিষ্ঠা তৌরম্মে; মসিমক্কী অরৈব অৱাবা, মসিমক্কী অরৈব মহিমা মমুদাত মসিগী কাব্যরসনি। ভাব অসিগী অঙ্কুর মশা-মশানা উৎলম্মী 'প্রকৃতিগী পরিশোধ'দা, ৱা অমু খম্মুত্থনা য়েংনবগী যোগ্যনি। 'নির্ঝরগী স্বপ্নভঙ্গদা' মমুগীসু মমাঙ্দা মসিগী আভাস ( সামিন ) ফংলম্বা য়ায়।

গ্রন্থকার

# ভূমিকা

**সংক্ষিপ্ত বিবরণ**—মালিনী নাটিকাদা কবিনা ধর্মপ্রথা অমদি সংস্কারগা হৃদয়ধর্ম অমদি মানবিক ধর্মগা অনিগী দ্বন্দ্ব (dispute) উৎপিরি। রাজকন্যা মালিনীগী ধর্ম শাস্ত্রদা বণিরিব অকংব লেঙ্দব আচারত নত্তে, নিজ অন্তরগী করুণামক্না মহাকৃপু নবধর্ম হৌদোকপী দেবী ওইনা বিশ্বমানবগী মাইকৈদা চঙ্শিন্-হল্লম্মে। মালিনীগী নবধর্ম অসিগী পরম শত্রু বিপ্র ক্ষেমঙ্করনি,

অতুবু ক্ষেমঙ্করগী অঙাং ওইরিবগী প্রিয়বন্ধু সুপ্রিয় মালিনীগী ধর্ম মোত্তা বিশ্বাসীনি। মমৈদা সুপ্রিয়গী করুণ মৃত্যুগী মনুংদা মালিনীগী করুণ ধর্মগী অখণ্ড পরীক্ষানি অমসুং মহাক্কী জয় ওই। ভাবকী মাইকৈদা মালিনী বিসর্জনমক্কী সমধর্মনি অমসুং বেদনাগী মনুংদা সত্য ফংনবগী বিষযদা মসিগী মমাঙ্গী অমসুং মতুঙ্গী অতৈ অতৈ নাটক্কী মতৌনি।

মালিনী নাটক্কী রীতি—নাটিকা অসিদা আঙ্গিক্কী ( technique ) নবন্ন খব লৈ। বাজা অমসুং রাণী অমদি বিসর্জন্দা নাট্যিক-গঠন ( Dramatic make up ) মূল ওইনা সেক্সপীবিয়ান ওইনা উংনৈ, অঙ্ক মঙাদা নিদেন (at least) দৃশ্য কুল্লোম্না নাটক সমাপ্ত ওই ; মূল কাহিনীগা লোয়ননা শাখা-কাহিনী (sub-plot) খবসু য়াওই। অতুবু মালিনীগী কাহিনী অমসুং গঠন সরলনি অমসুং সংযতনি (Regulated)। কনা কনানা হায়বি মালিনীদা গ্রীক নাটক্কী সংহাত (combination) লৈ। অতুম্নদি ওইববদা সংহতি অসিনা মালিনীগী বঙ্গমঞ্চদা মহৈ য়াব্বগী বৈরী ওইরে, মসিসু সত্যনি।

মসিদা অমিত্রাক্ষর ছন্দগী স্বাধীনতা অমসুং সঙ্গীতময ঈথক্না মপুংফানা মকা ফল্লি। মূলদা অমিত্রাক্ষর অমসুং মিত্রাক্ষর অনিগী সংমিশ্রণ কবিগুরুগী বিশেষত্বনি।

মণিপুর গবর্ণমেণ্টগী এডুকেশন সেক্রেটরিগী-পত্র নম্বর 17/1/66 SE dated 7-3-67 মতুং ইন্না অনুবাদ তৌজবনি মণিপুরী সাহিত্য ভাণ্ডারগী সম্পত্তি অমা ওইনবা।

বিশ্বভারতীনা ফার্ষ্ট প্রিণ্টগী পব্লিকেশন পারমিশন পীবিরকপগী ধন্যবাদ তৌজৈ অমস্তুং চিরঋণী ওইজরে।

মণিপুর গবর্ণমেণ্টগী সহায়না ফোংজবনি; মদুগীদমক্ চিরঋণী ওইজরে।

অনুবাদক

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীলোরেম্বম্ ইবোয়াইমা সিংহনা মৈতৈলোন্দা অনুবাদ তৌবা বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথকী 'মালিনী' লোইনা পাজরে। অসিগুম্বা অঋবা লাইরিক্‌শিংবু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্নুনা মৈতৈ সাহিত্যগী পুকৈ চাউখৎহন্নবা হোৎনবা অসি য়াম্না থাগৎনিঙাইনি। লাইরিক্ অসিগী থোইদোক্‌পা গুণশিংবু মাঙহন্দনা থম্নবা শ্রীইবোয়াইমা সিংহনা হোৎনরি। ৱারীগী নুংঙাইবা, মনুঙ্গী ঈচেল্ করি অমতা হম্বহন্দনা লাইবিক্ অসিদা continuous blank verse শীজিন্নবা অমম্তুং অনৌবা ৱাহৈ কয়া শীজিন্নবা উই। মসিমক্ মৈতৈ সাহিত্যদা অনৌবনি অমম্তুং চাংয়েং মখল্ অমনি। অসিগুম্বা অনৌবা—মওংশিং অসিনা মৈতৈ সাহিত্যবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎলক্কনি হায়বসি ঐনা থাজজে।

ইম্ফাল,
তা° ৮।৬।৬৭ ইং

রাংথৈময়ুম্ তোম্চৌ সিংহ
লেক্‌চরর্ ইন্ মণিপুরী,
ঘনপ্রিয়া ৱিমেন্স কলেজ।

# চরিত্র

## নিপা

রাজা —

কাশ্যপ — বৌদ্ধ আচার্য্য

যুবরাজ —

সেনাপতি —

ক্ষেমঙ্কর, চারুদত্ত, সুপ্রিয়,

সোমাচার্য্য, উগ্রসেন নচিংব

ব্রাহ্মণশিং—

## নুপী

মহিষী — মহারাণী

মালিনী — রাজকন্যা।

প্রতিহারী অমসুং পরিচারিকাশিং।



৩-৫-৬৭

শ্রীচৈতন্যসিংহ নাম লৌরেম্ববংশনি।
জননী অরুণাবতী, জনক রিপুজিৎ॥
চন্দ্রাকাশ গ্রহ শশা খৃষ্টাব্দগী বসু।
থা, রস তাং, কুজবার বসুবা তথাক্ত।॥

# মালিনী

ওঁ কাদম্বর্য্যৈ নমঃ

## অহানবা দৃশ্য

**রাজ-অন্তঃপুর**

**মালিনী অমসুং কাশ্যপ**

কাশ্যপ — থাদোকৃউ মুঙাইব-আশা, ইবেম্মা, থাদোকৃউ
অৱাব-কিবা ; বিষয়-খোৱাংবা লংথোকৃউ ;
থদংলু সংসার লৈপুন্ ; লংশেক্খরো থাপ্না
ময়াইকাব-চোইবোন্-তঙ্তাদব ; নপুক্কিংদা
থাল্লু লেঙ্দব-লংলব-ঈংব জ্ঞান মৈরা
দিবানিশি— থবাইব্রাব-শুদ্ধাৎপা নম্থুরো ।

মালিনী — ভগৱবন্, থিংলে ঐবু, উজদে ইমিংনা ;
সন্ধ্যাদা মকা-উম্শিৱ থম্বালৈরিক্লুংদা
ফাখ্রবী খ্বাংজেংবী—সনা লৈরিক মপেন্নুংদা
শিক্লনা লেঙ্দগুম্ । 'ছবু য়ৈরৈ ইনাকোংদা
মুক্তিগী সঙ্গীত, নংনা কৃপা তৌবিবদা ।

কাশ্যপ — আশীর্বাদ তৌরবনি, লোম্মনি রজনী
জ্ঞান-সূর্য্য খোরক্পদা জয় জয় লাউনা

য়াহৌরব জগৎ'সিগী অয়ুক্ শুভক্ষন্দা হাংলগনি নঙ্গী লৈরাং-কৈশুম্শং। ননাক্তা থুংলরে মহাক্ষণ'ছু। 'হুদি ঐ চৎলগে তীর্থ কোয়রুগে।

মালিনী লৌবিয়ু দাসীগী প্রণাম।

কাশ্যপ থোক্খিবা

মহাক্ষণ লাক্লে। হুদি মনুঙ্গী খোয়বাংবা তনিক্ তনিক্ লাউবে, থম্না থক্কী ঈশিং মরিক্ মতৌগুম্। মিৎ উইশিন্দুনা তারি ইনাকোংনা আকাশগী লাউ-খোংবছু; খঙ্দরে, কনানা করি করি থোরাংলিবা ঐবু কোয়শিন্দুনা, লাক্ই-চৎলি হঙ্গৎ-হন্দা হম্না হম্না, মশক্ উদব মূরতি। অমুক নোংথাং মতৌগুম্না খঙ্ডান্-ডাম্হোক্ই; মাল'ব ঈথক্ কয়া কয়া ফক্ছিল্লরি মখোন্ হৌনা। অব্না নাহেগুম্না কৈনো'মা য়ৈরবমাল্লে গুসি হম্না হম্না ঐগী অন্তরদা খঙ্বা ঙমদরে করিস্নু, জগত্তা গুসি কনানা কৌবিরি ঐহাক্পু।

রাজমহিষী চঙ্লক্পা

মহিষী মেম্মা হায়বি, তৌকম্ খঙ্দ্রে, ইমাদি! ইবেম্মা, পূম্নমক্সি পক্চরিত্রা নঙোন্দা, তদেক্পা তনৌব বয়সসিদা? কদায় ফীজেৎ-লৈতেং

কদায় অলঙ্কার ? ঐগী সনাগী উষাবু
সনা মণ্ডান্ লৈত্রবকো ; খাঙ্গত্রা মসিবু
মমাগী মমিৎনা ?

মালিনী কদৌঙৈদা নিংথৌকোন্দা
পোক্লবরা ভিখারিণী ? পোক্লকপদাই নংস্থ,
ইমা, লাইরব শাগৈদা, কাউবিরত্রা মহু
রাজেশ্বরী ? নঙ্গী পাবু অহুগী মবায়রা,
জগৎকাওরি, হায়য়ু ইমা, মহু মাঙ্বা য়াত্রা ?
অহুনা ঐনা শেচ্চরি অলঙ্কার-শুন্না
নঙ্গী পাবুঙ্গী মনংহু ঐগী দেহ শিন্না,
ইমা-ইবেম্মাও !

মহিষী ইস্, নপাগী গর্বনা
নোক্লরিবকো ইপাবু ? গর্ভদা অহুনা
পুরম্বকো নংবু, হারে অহঙ্কারী নৃপী ?
খঙ্জোদো, ঐগী ইপাদি শরুক্ চাম-হেন্না
ইনাক্খুল্লি নপাদগী, অহুনা মহাক্না
থৌশাবিদবনি অহুক্ ধন-রত্ন মান্দা ।

মালিনী খঙিঙবনি মহুবুদি খ্বাই পুম্নমক্লস্থ ।
নপাগা পোক্মিন্নবনা, পিতৃ লন্-পামহুনা
নপাবু লৌনশ্বিখিব হুমিত্তুদা, ময়ুম্
থাদোক্খি মহাক্না মনঃ হুণ্ডাইতনা । লম্থুম্

সহায়-সম্পত্তিপুম্ব ত্যাগ তৌখিবনি
ইবা য়াদনা; পুরম্মী সুপ্না যম্ম তৌনা
মপাগী দেবতা-মূর্ত্তি শালগ্রাম-শিলা
লাইরু-খাংপোক্-শংদা। ধর্ম অদুত মহাক্কী
পীরম্মে ঐঙোন্দা, ইমা, ঐ-পোকৃপ-মতমদা
পুরক্কুনা—অতৈ য়াওদে। লৈসু ইমা, নঙ্গী
নপাম্‌গী লাইরব-লন্দু পুন্সি চুপ্পা নঙ্গী
নমোম্ থমোই লকান্নুংদা। ঐহাক্কী ইপাগী
লৈজব ঐশ্বর্য্য ধন-রত্ন মপৈ মখৈ
লৈসন্নু রাজপুত্রগী।

মহিষী

কনানা খঙ্গনি
নংবু মেম্মা? খঙ্‌ব্রে নরা তাবদা কবিগী
ঈরা চেল্লিবা ইমিত্তা। মবোন্সু থোক্তব
অপঙ্‌ব অঙাং, য়ারারা কপ্পুনা মমাবু
খোয়রাংনহন্দুনা লৈরিভৈদা ইতম্বাক্তা
কনা খঙঙম্বনো পিকৃপ-পঙ্‌ব মচিন্দুনা
য়া অসুক্ ঙাঙঙনি নিনি মতুংদা। নমায়হু
য়েংহুনা লৈবি, কিবনা নীক্লে। সনাতোম্বী,
কৈদা ফংলুই ধর্ম অসি, কৈ শাস্ত্র বচয়ে!
ঐহাক্কী ইপাগী ধর্মহুদি পুরাতম্নি
অনাদি কালগী। 'হুবু মেম্মা, নঙ্গীসিদি
সৃষ্টি-বেদদা য়াওদব ধর্ম ইনৌনৌব

ওসিত শেম্বনি। 'সিদা কৈদগী লাক্লিবা বিধর্মী সন্ন্যাসী? ঐদি উবদা কিবনা শিরে। করি মন্ত্র তম্বি মখোয়না, অতিংব হৃদি য়েচ্ছিম্বা মিথ্যাগী লাংনা? হায়নৈ খ্বাইনা পিশাচ নিণ্ডিও বৌদ্ধশিং, যাদু বিদ্যা খণ্ডিও, প্রেত খুংফানি মখোয়দি। তাও ঐহাক্তী ব্রাসি ইমাগী ইবেম্মা। ধর্ম থিবা হৌনবরা। দিনমণিগুম্ব ধর্ম চির-জ্যোতির্ম্ময় * লৈরি চিরকাল। চংলু নং অদুম্ব ধর্ম, সিধানি ব্রাস্তাদু। তৌদো ব্রত-ক্রিয়া-কর্ম ভক্তিতৌনা। শিবপূজা তৌনা দিনযামী— † নিজো বর, সনাতোম্বি, মহাকুম্ব স্বামী। পতি'ছুনা ওইনি নঙ্গী দেবতা পুন্নক্, শাস্ত্র ওইনি মাগী য়াথং অতিংবনি ব্রাসি। শাস্ত্র-জ্ঞানী পণ্ডিতশিং শিসনু ব্রাখন্না সত্যাসত্য ধর্মাধর্ম কর্ত্তা-কর্ম-ক্রিয়া অনুস্বার বিসর্গগীদমক্। দেশ কাল খেন্নবনা নিপাগীদি নিতিগা স্বতন্ত্র অনৌব ধর্ম; তত্তনা হাহাকানা কোয়না চংলি মখোয়না শাস্ত্রগী সন্দেহ ঈপাক্তা— শাস্ত্রেদমক্ তৌরি কাটাকাটি। রমণীগী

* Ever-bright. † দিবানিশি।

ধর্ম থবাক্তা—তম্বাক্তা পুন্সি চুপ্পা লৈরি
লেঙ্দনা মচা-মবাগুম্।

রাজা চঙ্লক্পা

রাজা কন্যা, লেপ্খো হৌজিক্
খরনিগী দমক্। মথক্তগী পাইথরক্লে
নোং-মুংশিং অকম্ব।

মহিষী কদায়দগী মিথ্যা-ভয়
পুর্ক্লিবা মহারাজ ?

রাজা মিথ্যা নত্তে থোইনা!
পণ্ডিতদকো নূপীমচা! নব-ধর্ম য়ুম্বদা
পুশিন্নিংলবদি, বরিষাগী ত্বুরেন্দোনা
তোর্বান্ নিঙখাইহন্দুনা হেক্ উথোক্তদরনে
দেশ বিদেশগী মীৎয়েংফমদা ? লজ্জা-ভয়
লৈতরা মাগী ? নিজগী-ধর্ম নিজগীনি,
লৈদোবনি লোম্না থপ্না, মীথ্বাইনা উরগা
কলঙ্ক-মিহৌ লৈতনবা, শাথিনা নোক্লবা
তৌদনবা। থম্নিংলব্দি ধর্মবু, থম্জোনা
'হু দি নপুক্লিংদা।

মহিষী চৈ-থাংবিরিবা করিগী
ঐহাক্কী ইচাবু মহারাজ! দোষ কয়া
লঙ্জবগুম্! লাক্লি ওসি করি তাক্পিনবা
পাপ রাজনীতি ? লোম্না থবক্ তৌগদোবা

ধৰ্ম নমথক্তনা! নত্তে মতুগুম্ব ইচা।
সাধু-সন্ন্যাসীগী মফমদগী উপদেশ
লৌরি, তারি পুণ্য কথা, সেবারি সজ্জন,
খণ্ডদরে ঐদি, মতুদা দোষ পীনি কনা,
কি রি বা ক না বু।

রাজা — মহারাণী, প্রজা পুম্ব
ইরাং হৌরে য়াম্না। পাম্মী মখোয়না তাম্থোক্পা
মালিনীবু।

মহিষী — করি হায়বা! তাম্থোক্পা! কনাবু?
মালিনীবু? মহারাজ, নহাক্কী কন্যাবু?

রাজা — ধৰ্মনাশ শঙ্কাদগী ব্রাহ্মণগী দল
পুল্লগা—

মহিষী — ব্রাহ্মন্দনিনে ধৰ্ম খণ্ডলিবসে?
অতৈ ধৰ্ম লৈতবরা? মখোয়গী লাইরিক্তা
ইবা মখৈ সত্য, অতৈদদি লৈত্রবরা
মতু বিশ্ব 'সিদা? কদায়দা লৈবা ব্রাহ্মণ্ডিং
কৌবিরক্উ 'সিদা। ঐগী ইচাগী মফমদৈ
তমজরম্ন ধৰ্ম কৈনো হায়রু। লংশ গন্নু
তীঞ্জংব ধৰ্ম মখোয়গী, তাল্লিদা, তোল্লিদা!
তাও মেম্মা, ঐহাক্তম লৌগে নঙ্গী নবমন্ত্র,
থদংলগে ঐ অমম্ব শাস্ত্রগী থোরিদো
ব্রাহ্মণগী। নহাক্পু হেক্ তাম্থোক্কে হায়রিবা?

নিঙঙাইদনা, মহারাজ, লৈরিবা ? খিবিরি
কন্যাসি নঙ্গী কন্যানি, সামান্য অঙাংনি!
মহুদি নত্তেকো। মসি অচাক্পা মৈরৌনি।
ঐনা হায়রিবসি ঙসি তাবিয়ু লোবিয়ু
কন্যাসি নত্তে মানবী, দেবতা'মা ওইনা
লাক্লবনি নঙ্গী য়ুমদা। তৌবিয়ুকো হেলা,
নোংমা 'মা হেক্ খঙ্‌হৌদনা থুগাইহনা খেলা
চ ৎ খি গ নি—মতমদুদা তৌনি হাহাকার,
রাজ্য-ধন ওয়মক্তা অমুক্ কঙঙরোইকো।

মালিনী থুংহল্লু প্রার্থনা প্রজাশিঙ্গী। মহাক্ষণ
থুংলরে ইনাক্তা। ঐবু তাম্মোক্পীরোদনা
পাবুং!

রাজা করিগী ইবেম্মা, ইপাগী য়ুমসিদা
করি ব্রাৎলি নঙ্গী? তম্থি সংসার মপান্‌গী,
দ য়া লৈ তে, ম ত ম্বা ক্লা 'হু নমা-নপাগী?

মালিনী তাবিয়ু ইপা-ইবুঙো—ঐবু তাম্মোক্লিংব
মখোয়হনা পাম্লি ঐবু! ইমা. তাও বা অসি,
ওম্রেনে বুঝাইবা ঐগী মনঃ খোয়রাংবনা।
থাদোক্পীরো ঐবু ইমা, অহ্বাবা তেংদনা—
মশাদগী কেম্ব উনাওয়া। চৎলগে ঐ
মক্ষম্ পূম্বদা। নিররে ঐবু নিংথৌ নাক্তা

মপান্ সংসারনা খঙত্রে করি কাজ লৈবা,
থৃংলরেদো মহাক্ষণ।

রাজা হে অঙাঙ্গী পুক্চেন্,
করিনো হায়রিবা!

মালিনী পাদুং, নং নরপতিনি,
তোঁবিয়ু রাজ কর্ত্তব্য। জননি! নঙ্গীস্থ
লৈবি নচা নিপা নূপী, য়ুম্-কৈ সংসারসি,
থাদোক্পিরো ঐবু ইমা! পুষিরম্ম অমুক্
মুংশি-থোরীনা।

মহিষী য়া হায়গে তাও, অমুক্ত তাখো!
রাহৈ থোরক্তে চীন্দগী, নঙোন্দা য়েংহনা
লৈরি ইঙক্ ঙক্না। মেম্মা, নঙ্গী পোক্ফম্'ছদা
লৈফম্ লৈত্রবরা নঙ্গী, ইমাগী ইবেম্মা,
জগৎ লক্ষ্মীরা নহাক্পু, জগচ্ছিগী ভার
তাররবরা নথক্তা? সংসার পূম্বগী
মমা লৈত্রে নং নত্তনা, চৎকদৌরি মাগী
নাক্তা নৌনা চান্না—কনা লৈ ঐখোয়গী ইমা
নহাক্ চৎখ্রবদি?

মালিনী মঙলি ঐ মঙ পাঙনা পাঙনা
তারি ভূম্না ভূম্না', শিংলি মাল্লে মুংশিং কম্না
তুরেন্ ঈথক্ হৌরিমাল্লে, অহিং ইমমম্মী,

থাংলি তোর্বান্দা হি অমা লাম্বিনি কনান',
লৈতে কর্ণধার গৃহশূন্য যাত্রী ভাক্ত,
ফমত্তুনা লৈ নীংব কায়না—অস্থম্ খল্লিংত্থদা,
ঐদি চৎপা য়াবদোনা, ঐনা খঙ্বা শানা
তোবান্ হি থাংফমত্থ ; ঐনা শোক্পদা হি অত্থ
প্রাণ ফংবদোনা, চৎপগুম্না নিষ্ফল
মপুং ফানা। কদায়দগী ঐহাক্কী বিশ্বাস
পোক্খিবা পুক্লিংদা ? রাজ কুমারীনি ঐদি,
উদ্রি বাহির সংসার, ফমত্থুনা লৈজরি
মফম্ অমদা জন্মদৈ, মাইকৈ মরিমক্তা
মুঙাইবগী চেক্পন্, ঐবু কনানা মপান্দা
চিংথোক্লদগে, কনানা খঙ্বা। কক্থৎপিরো
কিশি মহারাজ, ইমা থাদোক্পিরো—নচা
নত্রে ঐদি ভসি, নত্রে রাজ কন্যা—ঐগী
অন্তর্যামী মহাবাণী মৈগুম্বীত্থ, ঐনি।

মহিষী তাবিরব্রা মহারাজ ? ব্রাহৈসি কনাইনো ?
তাবদা খঙ্বা ভমদরে। 'সিবু অঙাঙ্গীরা ?
মসিবু নঙ্গী কন্যারা ? মসিবু পুরন্ধ্রা
গর্ভদা ঐ ইশামক্লা ?

রাজা রজনীনা উষা
পোক্পা মতৌনি খুদম্দি ! কন্যা জ্যোতির্ময়ী

রজনীগী কনা নত্তে, মাদি বিশ্বজয়ী
প্রাণ পী বিশ্বদা।

মহিষী — মহারাজ, মরম্'হুনা
থিবিয়ু কদায়দা লৈবা মায়াগী য়োৎহ্লিংহু,
মহুনা পুম্বা য়াবনি আভা-প্রতিমাবু।

কনাারোম্দা

ইফা ফারে নশম্লনা, করি মতৈনোদা!
কয়াত থোশাদববা নশাবু! লাউ য়েঙ্গে
নিংথিজনা পুম্বিগেদো। করি হায়নি মীনা
নংবু উবদা? তাম্বোক্পা! ওইরবদি মসি
ব্রাহ্মণগী ধর্ম, 'হুদি মেমা, থোক্লসনু
নবধর্ম—তম্জসনু নঙী নফম্দগী
বিপ্রশিংনা। য়েঙ্গে নমাই, লাউদো অঙাম্বদা।

ম'হষী অমসুং মালিনী চৎথিবা

সেনাপতি চঙ্লক্পা

সেনাপতি — মহারাজ, প্রজাপুম্ব ওইখরে বিদ্রোহী
ব্রাহ্মণ বচম্না। পাম্মী মখোয়না তাম্বোক্পা
রাজকুমারীবু।

রাজা — চৎলো 'হুদি সেনাপতি
সামন্তরাজপুম্ববু কৌরু থুনা য়াঙ্না।

রাজা অমসুং সেনাপতি থোক্থিবা

ইতি মালিনীগী অহান্থ দৃশ্য

# অনিশুব দৃশ্য

**মন্দির মাঙোন্দা ব্রাম্মহ্নিং**

ব্রাম্মহ্নিং — * নির্বাসন, নির্বাসন, রাজকুমারীগী নির্বাসন !

ক্ষেমঙ্কর — ব্রাম্মহ্নিং বো, ব্রা অসি সারনি। অচেৎপ সঙ্কয় অসি কাউনু। খণ্ডু ভাই, কিদে অতৈ বৈরীবুদি, কিঙ্কে নূপীবুদি। মঙোন্দদি থেগাক্ তেক্‌ই খুংলাই, মায়থি কডিঙ তর্কযুক্তি, বাহুবল মরু হেক্তা লুক্‌ই আপদ লৈতনা হুদিনুংদা তৌরি বাস রাণী-গুম্না মনঃ হূব মহা-সর্বনাশ।

চারুদত্ত — চচ্ছি খ্বাই রাজদ্বারদা, হায়রুসি, ভাক্‌পিয়ু মহারাজ, লক্ষ্য তৌরে আরয-ধর্ম্মদা নঙ্গী নহুম্‌দগী লীগ্না।

সুপ্রিয় — ধর্ম? মহাশয়, ধর্ম করিনো মূর্খদা পীয়ু উপদেশ। ধর্মরা নির্দোষী নির্বাসন?

চারুদত্ত — ওইরেদো নং

---

* Exile.

বংশ বৈরী বিভীষণ। কাজ পুম্নমক্তা
বাধা পীরিবরা ?

সোমাচার্য্য ঐখোয় ব্রাহ্মণ সমাজ
পুম্ব পূল্লপ্ পূল্লে ধর্মরক্ষা তৌনবগী
নং লাক্কুনা কদায়দগী উৎলরি মরক্তা,
য়াম্না হৈ-শিংনা চিংলব কুপ্লব কায়নব
লৈই সর্বনাশ!

সুপ্রিয় ধর্মাধর্ম সত্যাসত্য
বিচার তৌবা কনানা! নিজ বিশ্বাসদা
মৎকাবনা লেপ্লবরা, দল শেম্মগতা
ওইদ্রা সত্যগী মীমাংসা, হোৌনা লাউরগতা ?
যুক্তি কায়ব্রবা ?

চারুদত্ত য়াম্না কল্লেদনা নংসে
হে সুপ্রিয়!

সুপ্রিয় প্রিয়বাদী, ফন্দেনা ঐহাক্তি,
য়াম্না পণ্ডিত ঐদি— ফল্লিবদি মী অহুনি,
ওসি মানা অর্থ চাম ফাংব শাস্ত্রদগী
ব্রাহে অনিদং ভম্লগা, নিষ্পাপ নির্দ্দোষ
রাজনন্দিনীবু চিংথোক্লিংলি ইমুংদগী
ভিখারীশিঙ্গী লম্বীদা—মহাক্কী শাস্ত্রগা
ময়েক্ অনি খেন্নবনা ঐহাক্কী শাস্ত্রগা।

ক্ষেমঙ্কর কনা ঙম্নি নংবু ঙাংনবদা, বন্ধুবর!

সোমাচার্য্য তাম্মোক্‌খরো সুপ্রিয়বু। বিপ্রশিং, তাম্মোক্লো মাবু সভাদগী।

চারুদত্ত পাম্মী ঐখোয় নির্বাসন রাজকুমারীগী। মত অসি য়ানিংদব মীচু মপান্ থোক্‌খিসন্নু।

ক্ষেমঙ্কর তপ্‌থপো বন্ধুখোয়

সুপ্রিয় ভ্রম তৌহুনা ঐহাক্‌পু তৌরে নির্বাচন ব্রাহ্মণ্ডিংনা। নত্তে ঐদি নখোযগী ছায়া'মা। নত্তে ঐদি প্রতিধ্বনি শাস্ত্র বচনগী। ব্রাহ্মণ্ডিংসিনা চংলিব শাস্ত্র'হুদা য়াওদে কদায়দসু—ধর্ম শক্তি লৈবগীনি।

ক্ষেমঙ্কররোম্‌দা চংলে

ভাই! বিদাইবিরো ঐহাক্‌পু।

ক্ষেমঙ্কর পীখিরোই বিদায়। তর্কদাতনি চিংনবা নঙ্গী, থবক্তদি চেৎলি নংদি পর্ব্বতগুম্। ঐগী প্রিয়বন্ধু, খঙ্‌দরনে লাক্লিবসে তম্‌থিব সময় তুমিন্ লৈখো ঙসি।

সুপ্রিয় বন্ধু, পোক্লক্লে হঙ্গোইবা। খাঙ্‌বা য়াদ্রে অমুক্ অপঙ্‌বগী মঙক্ ঙম্বা।

যাগ-যজ্ঞ ক্রিয়'-কর্ম ব্রত উপবাস
মসিবুত ধর্ম হায়না তৌগদ্রা বিশ্বাস
চিংনদনা? নুপী মচা তাম্বোক্লগা হেক্তা
কন্গদরা ধর্ম অত্থু? য়েঙঙু খন্থত্থুনা
মিথ্যাবু সত্যনি হায়না প্রচার তৌদেনা
মহাত্মা—মান্থু হায়—সত্য ধর্ম, দয়া ধর্ম,
জীব পূন্নবু মুংশিবা—ধর্ম পুম্নমক সার,
মাগীদগী হেন্না'থুগী, প্রমাণ করিনো?

ক্ষেমঙ্কর তপ্থখোদা ভাই। মূল ধর্ম অমত্তনি,
অত্থবু তোঙাল্লি তুংফম্। জল অমত্তনি,
লৈফম্ খেন্নবনা খৈন্নে *জলাশয় ইপা
ইপুদগী ঈশিং থরুরক্লব ঐখোয়না
পুখ্রিথুদা খঙ্হৌদনা ঈশিং ঈনৌনা খাই
পারবদি ঈচাওগুম্না নাশ তৌই মাগী
লৈরাই থ্গাইথুনা, পাখংপত্থু ফখ্রবস্থু
লৈরাই নীওখায়বা পুখ্রিগী জল মপৈ মখৈ
থোক্খিগনি মপাল্লোম্দা। নঙ্গী হুদি মুংদা
ঈফুৎ লৈদো, দরকার লৈতরে পুখ্রিগী
অত্থনদি ভাগ্যহীন প্রজাশিঙ্গীদমক্
সাধারণ জলাশয় থম্মোইদরা নংনা—
নপা হাক্তুগী কন্না চেৎনা থোম্ব লৈরাই,

* Tank.

মতম্ কুইনা প্রেম্না তত্তনা লুনা তৌরকৃপ
ফজব অশংব উরী, চেক্সিন্না য়োক্লকৃপ
থাইনগী উনা পুংলব পাম্বী, পিতৃ ধর্ম,
প্রাণ প্রিয় প্রথা, কুইনা তৌরক্লব কর্ম,
কুইনা খঙ্নরব নীতি? জ্ঞান মাঙ্হন্দুনা
সত্য জননী তম্বাক্না নিত্রাদা লুপ্লব
অপঙ্ব অঙাং কয়াদি, খঙ্দে জননীবু,
মখোয়দা জ্ঞান পীবদা মমাগী দেহদা
তৌগনু খুথাবা। ধৈর্য্য লৈম্বু, হান্নু সথা,
ক্ষমাবিম্নু ক্ষমাযোগ্য মীবু, তৌ কর্ত্তব্য
জ্ঞানগী মঙাল্দা।

**সুপ্রিয়** নতুং ইল্লিবনি নঙী
মতম্ কুইনা ননাই'সিনা। থম্জরগে ঐনা
নঙী য়াথং ইকোকৃথক্তা। যুক্তি য়েত্নুম্থক্তা
সংসার কর্ত্তব্যভারখক্ থম্বা য়াদেদা।

উগ্রসেন চঙলকৃপা

**উগ্রসেন** থবক্ মহৈ য়াল্লে ক্ষেমঙ্কর। ইফিং ফিংলে
ব্রাহ্মণগী ব্রা তাবদা রাজ সৈন্যদল,
ঙসি পন্ নীথাইগদৌরে।

**সোমাচার্য্য** সৈন্যদল!

**চারুদত্ত** করি।
করি কাওনো? অস্নুমস্নুম্ সিদি ওন্নরক্লে
বিদ্রোহগীগুম্না।

সোমাচার্য্য মতু ফাওবদি ফত্তেনা ক্ষেমঙ্কর।

চারুদত্ত ধর্মতনা ব্রাহ্মণগী জয়, মপাম্বোয়া নত্তে। যাগ যজ্ঞনা ওইগনি সিদ্ধি; থৌনা দ্বিগুণনা লাক্নো বন্ধু পুম তৌসি মন্ত্রপাঠ। মনঃ শেংনা যোগাসন্দা তান্সি ব্রহ্ম-তেজ পুক্নিং লোঙ্দনা পূজাসি ইষ্টদেবতাবু।

সোমাচার্য্য নহাক্ কদায়দা লৈ দেবী, সিদ্ধি-পীবী জগৎ-য়োক্পী! চরণ সেবারি নীংবা কায়ব কদৌঙৈদা ওইররোই ভক্তশিং। নহাক্ নশামক্না নাপন্ য়ৈথেক্উ নাস্তিকী— উৎপীরো প্রত্যক্ষ ওইনা ওসি বিশ্বাসগী পাজন্ অহু। সংস্থারগী বেশ সাজিহুনা লেপ্নিরো হৌজিক্মক্ খ্বাইগী মাঙ্দা লাক্পিহুনা নশম্ ফানা থাঙ্ পায়হুনা খেক্না খেক্না নোক্না পাপী নৈহৎপী। খ্বাই পুম লাউ পুক্নিং লোঙ্দনা ভক্তি তৌনা কৌবিয়ুদো স্বর চপ্ মান্নন। প্রলয় শক্তিবু।

ব্রাহ্মণশিং স্বর মান্ননা নিরি খ্বাই খুৎলোয়হুনা লাউ ইমা প্রলয় তৌবী!

মালিনী চঙ্লক্পা

মালিনী লাক্লে ঐহাক্, লাক্লে।
ক্ষেমঙ্কর অমসুং সুপ্রিয় নত্তনা ব্রাহ্মণ পুম্নমক্
লৈপাক্তানা প্রণাম তৌবা

সোমাচার্য্য দেবীরা, করি বেশনো ? লেঙ্ বিরক্লবোইরে
দয়াময়ী ফীজেৎ মোংনা নরকন্যা শানা।
কয়াত ঙক্লব রূপো ! নয়ন অনিগী
স্নেহ জ্যোতিরা ! নত্তে'সি সংহার-মূরতি।
কৈদগী লাক্লিবা ইমা ! করি খন্বিহ্না,
করি তৌবিগগে ?

মালিনী লাক্লিবনি নির্বাসন্দা,
নখোয়না কৌরবনিনা হে ব্রাহ্মণ ময়াম্ !

সোমাচার্য্য নির্বাসন ! স্বর্গদগী বেদ নির্বাসন
ভক্তনা কৌবদা !

চারুদত্ত অঃ হা, করি তৌনি ইমা,
নঙ্গী সহায় নত্তনা লৈবা য়ারোই অমুক্
ভ্রষ্ট সংসারসি।

মালিনী ঐদি হল্লরোইনে অমুক্।
খঙঙন্মিদো, খঙঙন্মিদো নখোয় খ্বাইগী থোঙ্দো
হাংহ্না লৈ ঐগীদমক্। ঐহাক্তীদমক্তা
লৈ কমহ্না। অহ্না ঐ হোৎলে মিৎ পাঙনা
সুখ সম্পদ মরক্তা, নখোয় পুম্নমক্তা
পুল্লপা নিররবদা ঐগী নির্বাসন

স্না চ র ন্দা।

ক্ষেমঙ্কর রা জ ক ন্যা ?

পূন্নমক্লা রাজ নন্দিনীরা!

সুপ্রিয় ধন্য ধন্য!

মালিনী নি র্বা স ন তৌরেদো ঐবুদি
'ছনা নখোয়গী য়ুমদনি ঙসি ঐগী য়ুম্দি।
'ছবু সত্য তৌনা হায়য়ু অমুক্তং ঐঙোন্দা
থাঙ্গেশেংনমক্ লৈ ব রা ঐ গী দ র কা র,
পাম্ববা ঐহাকপু ? তশেংনমক্ ইমিং ফান্না
বা হি র সং সা র দ গী কৌরম্বরা খ্বাইনা,
ইশাগী অচিক্পা কাদা লৈরিঙৈ মতম্দা
জগত পূ ন্ন ম ক্ত গী য়া ম্না থা প্না য়ুম্ফম্
চামগী মরুম্দা নিংথৌ কোম্নুং লৈম-কোন্দা
নূপীমচা ইথন্তুমক্ ? মহুদি মঙ্ নত্তে।
কপ্লম্মী ম র ম্ অ হু না ঐ হা ক্তী হৃদয়
করিম্ব খঙ্দনা।

চারুদত্ত ইমা লাউদো, জননী লাউ,
চিত্ত-কমল চামদা হেক্তা লেপ্পরো লাউ
চীন্দা করুণা তৈত্তুনা।

মালিনী লাক্লে ঙসি—তাক্উ
ঐঙোন্দা অহাম্বদা তৌ গ নি ক রি কা জ

নখোয়গী। জন্ম ফংলক্লে ঐ রাজকুলদা,
রাজকন্যানি ঐ, মিছুৎ হাংহুনা কদৌঙৈ
য়েংখিদ্রি মপান্দা; উজখিদ্রি পাক্-চাউরব
সংসারসি—মাগী করি * ব্যথানো কদায়দা
খঙদে করিমতা। তারমী বসুন্ধরাসি
দুঃখ ঙাক্লি, দুঃখদুগী লৌগে পরিচয়
মখোয়গা লোয়ননা।

দেবদত্ত তাউরে নয়ন ধারানা,
ইমা, নং নন্না তাবদা।

পূন্নমক্না ঐ খোয় পূন্নমক্লে
পাপী পাষণ্ডনি।

মালিনী ঙসি অস্থম্ খল্লি ঐনা
অমৃতগী পাত্রগুম্লে ঐগী হৃদয়না—
মানা ঙম্দৌমাল্লে কোক্হন্না বিশ্বগী ক্ষুধা,
মানা হৈথ-ঙম্দৌমাল্লে সান্ত্বনাগী সুধা
দুঃখ লৈরিবমখৈগী মথক্তা যেসাদা
অনন্ত ধারানা। য়েঙঙ্ য়েঙঙ্ অতিয়াদা
লৈচিন্ তাক্খিহুনা বিধু তোরেদো প্রকাশ।
কয়া চাউব খুল্লক্, কয়াত শান্ত আকাশ
জ্যোৎস্না অমনা শন্দুনা অপূর্ব জগত

* Pain.

কনানা কোন্থে় থবাক্তা — আদু রাজপথ,
আদু য়ুম্ পরেংসে, আদু অরাংব মন্দির,
উরুম্লাংব পাম্বী পরেং — অথাপ্লদা ভোর্বান্
য়ৈরিদো পূজাগী শ রি ক্ — ঐগী অঙ্গপূম্ব
ভুজু'লদো ইঙক্ ঙক্লা, ঈরা চেল্লে মিত্তা!
কৈদগী লাক্লম্বা ঐ না ঙ সি জ্যোৎস্নাসিদা
নখোয়গী পাক্-চাউখরব মীয়াম্ মরক্তিদা।

চারুদত্ত নং বিশ্ব-দেবীনি।

সোমাচার্য্য পাপ লৈয়েংসে তোল্লিদা।
চামা থোক্লা চৈনাখোন্না শেগাক্লা কায়দেদা—
পায়ম্বা নংন্ তাম্থোক্পা!

দেবদত্ত চংলসি খ্বাইপূম্ব
ব্রাহ্মণশিং, জ ন নী বু জ য় জ য় লাউনা
থিঙ্গিল্লুসি ম্না কোম্নুংদা।

পূম্নপ্না লাউবা

জননীগী জয়!
মা লক্ষ্মীগী জয়! ক রু ণা ম য়ী গী জ য়!

মালিনীবু কোয়শিন্দুনা সুপ্রিয় অমসুং ক্ষেমঙ্কর নত্তনা

ওয়্নমক্ চংথিবা

ক্ষেমঙ্কর চংখো, মোহ চংখো লাপ্লা। কদায়দা চংলিবা
হে সুপ্রিয়!

স্বপ্রিয় থাদোক্পিরো, ঐবু থাদোক্পিরো !

ক্ষেমঙ্কর তপ্থখো। নহাক্স 'হুদি, বন্ধু, অন্ধদোনা মী-ঈচেন্দা খ্বাই-লোয়নবা তাওথখরগেরা ?

স্বপ্রিয় মঙ্লা 'সিবু ক্ষেমঙ্কর !

ক্ষেমঙ্কর মঙ্দা লুপ্লম্লিবা অসুক্ কুইবা-ফ্রং কন্দুনা হৌজিক্ মিৎপাঙ্হনা হৌরো য়েঙঙ্ মুন্না।

স্বপ্রিয় মিথ্যা নঙ্গী স্বর্গধাম, মিথ্যা নঙ্গী দেবদেবী ক্ষেমঙ্কর ! অসুক্ কুইবা কোয়বম্মী বৃথাদা সংসার অসিদা। ক্ষম্বিদে অপেম্বা করিমতা করিগুম্ব শাস্ত্রদা, অসুর কপ্লি শঙ্কানা ততুনা। ফংলে ঐদি ঙসি ঐগী ধর্ম, য়াম্না নক্লা হুদিনাক্লা। নঙ্গী খ্বাইগী দেবতা, শাস্ত্রগী দেবতা, ঐগী দেবতা নত্তে। প্রাণ মাগী কদায় ঐগী অন্তরদা কনানা ব্রা ভাঙ্বা, প্রশ্নগী করি উত্তর পী মানা — সান্ত্বনা করি পীবা অব্রাবগী ! ঙসি কনানো নং ঐগী জীবন তরণী থক্ত! খোঙদাবিবা — মহাক্লী * জড়তা পুম্ব শেংনা হুবিহনা

* Dullness.

গতিসি পীরবা মঙোন্দা। অস্নুক্ কুইরবা
ভুংদ' মর্ত্ত্যলোক'সিদা তাইবং মীগী য়ুম্‌দা
ফজরে ঐগী দেবতা।

ক্ষেমঙ্কর — অরাবনি সখা,
নশাগী হৃদিনা শুন্ব মতম্‌দা মায়ানা
নশামক্পু, মহা ভয়ঙ্করনি মতম্তু —
শাস্ত্র ওইদো নঙ্গী ইচ্ছা, ধর্ম ওইদো
নশাগী কল্পনা। থাবন্ ফবী রজনীসি
ফজনব' লৈবি তিন্দুনা মাইকৈ মাইকৈদা,
চিৎস্থায়ীবা মসিবু? হয়েং নোংঙাম্বদা
লখা কোটি অবাম্বনা থবক্ চাম-লাংনা
কোইশিল্লোইদ্রা তাইবং-ঈপাক্-মহা লাউখোংহুনা
থোক্লোইদরা অকম্ব লান্ সংসার লান্‌ফম্‌দা?
মতমহুদা তৃপ্তিবসি জ্যোৎস্নাদা নীঙ্গনি
স্বপ্ন-মায়ানি হায়হুনা — মমি-মশা ঙাক্ত,
য়াম্না শাম্ব। নঙ্গী হৃদি কোইশিন্ব ফজবে
শুম্মংপহুম্নু থাবন্দু শুম্ব — ধর্ম'রা'দো?
মিং পাঙ্‌হুনা য়েঙঙু 'মুক্তং মাইকৈ মরিমক্তা—
কয়া রাবা, কয়া নংবা, কয়া আশা কায়বা!
ধর্ম'হুনা কোক্‌হন্‌গদ্রা, মধ্যান্‌গী খোরাংবা
থুক্ থুক্ লাউব জগতগী? সংসার মনূংদা
আহু নঙ্গী শাম্ব শুম্মৎপনা কৈ কান্ননি?

অয়াকৃপ মুংশাদা রণভূমিয়া য়দা লেপ্পা
মতম্‌দস্থ নিত্রা সিদা লূপ্তুনা লৈগত্রা,
মঙ্‌ মঙ্‌হুনা লৈগদরা অতৈ কৈস্থ লৈত্রা ?
নত্রা সখা !

সুপ্রিয় নত্তে নত্তে।

ক্ষেমঙ্কর 'হুদি য়েঙঙ্‌ মুম্না
নমাঙ্‌দা নহাক্কী। বন্ধু, য়ারোইদো কথা।
হন্দক্কি মৈ চাক্লে। ভস্ম ওইরনি চাক্তুনা
থাইনগী ফুরা-দোলাল্লিং, ব্রাংলব-চাউরব,
ভারত খণ্ড পুম্নমক্ মহাক্কী কা-কাদা
মী ওইরব। হৌজিকস্সু নয়ন অনিদা
নহাক্কী পক্লিদনা মঙ্‌।—

খাণ্ডব থাবদা
উচেক্ রায়া পুম্নমক্না আকাশ শীস্থংনা
পাইক্লরগা হল্লক্লম্মী মুংশিনা কপ্তুনা
স্বর্গ পুম্‌কৃপ্‌ কৃপ্‌শিন্দুনা—মথাদা কোন্দোব
পাই-ওম্‌ত্রিব মচাশিংবু নীংশিংহুনা। বন্ধু,
মহুয়া খোয়রাংব-মুংশাথিব পিতাশিংনা
স্বর্গ কয়াদৈ লাক্তুনা চিংননা-খোয়রাংনা
কোয়না চংপিরি শূন্যদা নাহে নাহেহুনা
থরাক্ য়াম্ব বিপদনা মিপাইর ভারত
মথক্তা। অহুমক্তদা সখা মঙ্‌ মঙ্‌লিবা।

য়েঙঙ্‌ খম্বহ্নবা, পুণ্য তীর্থ কাশী অসি
আর্য্য ধরমগী মহা হুর্গনি। কনা লৈ
প্রহরী অসিদা থোঙ্‌দা? মহাক্লবু ঙসি
মঙ্‌ মঙ্খিগদ্রা মথোদাং হেক্তা কাউথোক্তুনা
থোঙ্‌ থীল্লরব্দা শত্রুনা, অহিংনা মল্লিবা,
মিত্রনা য়ুমগাই শূরব্দা, ইমুং-মন্নুং লৈকোক্‌
লৈকাই তূংখুন্‌ হুন্‌খ্রবদা? য়েঙঙ্‌ হাইগত্তুনা
সুপ্রিয়! য়া ভাঙঙ্‌। হায়য়ু, নং ঐবু একাকী
থাদোক্লম্লগা চৎলগে হায়বিব্রা মায়াগী
মতুংদা বিশ্ব শীন্থুংব বিপদ অসিদা,
প্রলয়-অহিংদা?

সুপ্রিয় চৎলোই খক্‌, চৎলোই খক্‌। মিচ্ছেং
থাঙ্‌হুনা লেপ্‌কনি নঙ্গী নাক্তা।

ক্ষেমঙ্কর তাও অহুদি
সখা, চৎলেদো ঐ

সুপ্রিয় কদায়দনো?

ক্ষেমঙ্কর বিদেশদঃ।
'সিদা আশা লৈত্রে অতৈ করিমতা। য়ুমদা
শীন্থুংনা চাক্লেদনা মৈ। মপান্দগী ঈগী
ঈচেল্‌ য়াবা থাজিন্দুনা তারেদো মুখৎপা।
চৎলে, সৈন্ত্র লৌক্লখিগে।

সুপ্রিয় অসিদা সৈন্তশিং

লৈরেনা তৈয়ার।

ক্ষেমঙ্কর — মিথ্যা আশা মতম্'সিদা শুম্লাৎপ-মৈরাম্বীশুম্না মখোয় পুম্নমক্ম্ তাখরে মশা চাক্নুা সঙ্গু সঙ্গু ওইনা মৈ মনূংদা। তারিদনা তোতো জয় ধ্বনি। নগরবাসী শিং ভাওরে ভসিদি ধর্মগী * চিতাদা থাল্লি উৎসব থাংমৈ।

সুপ্রিয় — চৎলবদি ভাই, বিদেশদা অকন্ব রাশক্ৰী, য়াওনি ঐস্নু।

ক্ষেমঙ্কর — নং কৈদা চৎকগে বন্ধু! লৈয়ু'সিদা মীরৎ-মারৎশিংনা নহাক্, সংবাদ পুম্ব লৌ রাজভবনগী। পত্র ইয়ু। য়েঙও্ সখা, নহাক্ম্ ভুল তৌগম্নু মমৈদা অনৌব মায়ানা, থাদোক্ম্ ঐবু। নীংশিঙও্ ভত্তনা প্রবাসী বন্ধুবু।

সুপ্রিয় — সখা, অনৌবনি মায়া, অনৌব নত্তেনা ঐদি। নহাক্ম্ অরীব, 'ত্নুগা ঐহাক্ম্ অরীব।

ক্ষেমঙ্কর — তৌগে আলিঙ্গন।

সুপ্রিয় — অহান্ব কায়নবা ভসি। লৈমিন্নরম্বনি

* Funeral Pyre

অশুক্ কুইনা। থাগা থাগা থানবা লৈতনা
চৎমিন্নরম্বনি অনি—ঙসি কৈদা নংনা,
কদায়দা ঐহাক্না!

ক্ষেমঙ্কর ফঙনিদা অমুক্ হন্না
নঙী বক্কু'সিবু। কিরিবদি অসিতনি
ঙসি বিপ্নবগী দিন্সি য়াম্না ফত্তবনি—
ইচাই চাইরে মতৎ মতৎ * ধ্রুব থুৎফাশিংদো,
ময়াম্বদা থুখারেদো মনাওনা. বক্কুনা
বক্কুগী বিরোধী। বাহিরম্মী অমম্বদা,
হল্লকনি অমম্বদা অমুক্ থোঙ্জিন্সিদা—
লৈরমগন্না ঐগী বক্কু ফমতুনা য়ুম্সিদা
থাংমৈ থান্দুনা? আশাসি য়াওজম্মে হৃদিদা।

ইতি মালিনীগী অনিশুব দৃশ্য।

---

* লেঙ্দবা।

## অহুম্শুব দৃশ্য

### অন্তঃপুরদা মহিষী

মহিষী — অসিদসু লৈতে! ইমা, করি থোক্লগবা! শৃপ্না অস্থম্ তৌনা কয়া কুইনা অমুক্ মাবু কৃপ্না শেন্নহ্নুনা লৈনি, কিনা কিনা লৈনি, অহিংদা মিকপ্ থোক্পদা মিং পন্মুনা কৌনি, মিচ্ছেং কয়া কয়া খঙ্নি! মাঙ্দা উদবদা পুক্লিংদা চিংনৈদো কদায়দনো চৎখ্রমাল্লে ঐগী শ্বপ্ন স্বরূপিণী অ হু। থি রু থি গে কৈদনো মানা লোৎলিবা।

থোক্খিবা

যুবরাজগা লোয়ননা রাজা চঙ্লক্পা

রাজা — অহুদি মমৈদা নির্বাসন্দা তারেদনা।

যুবরাজ — উ দ রে উপায়। থুনা য়াঙ্না তৌব্রবদি মাঙ্বা তারে রাজ্য, মহারাজ! লান্ হৌরক্লে নগর প্রহরী সৈন্যপূম্ব। স্নেহমায়া হৌজিক্ থাদোক্তুনা পাঙ্থোক্পিরো রাজকাজ — মালিনীবু থুনা তৌবিখরো নির্বাসন।

রাজ — তপ্পা 'পারি' তপ্পা।
ভাম্বোকনিনে মাবুদি, থুংহল্লি প্রার্থনা—
তৌগনি ঐগী কর্ত্তব্য। খল্ল, নপুক্লিংদা
হয়ুব ঐবু মায়ানা শুল্লে, হৃদি শোল্লি,
মপি তাহুনা লৈ, রাজধর্ম্ম থোশাদনা

( মহিষী অংক্ চঙ্লক্পা )

মহিষী — মহারাজ, ম হা রা জ, হায়বিয়ু সত্যমক্
কৈদা লোংলিবগে মাবু কপ্হল্লবৈ ঐবু।
কৈদনো মা ?

রাজা — কনাবুনো ?

মহিষী — ঐগী মালিনীবু।

রাজা — কৈদনো মা ? চৎখ্বরা ? লৈত্রা মাগী কাদা ?

মহিষী — লৈতে, লৈত্রে ! সৈন্যদল পুতুনা চংলো নং
থিরুচোদো মাবু লম্বী খুদিং য়ুম্ খুদিংদা—
থুরো, থীহ্নবলু। অ; হা হুবিখরে মাবু
নঙ্গী প্রজাশিং পূন্দুনা। মখোয়গী শাথিব
চাতুরীনি। ভাম্বোক্খবো প্রজা পুন্নমক্লি।
শূন্য ওইহল্লো ন গ রী অসি, মালিনীবু
পীরব্রিফাওবা হন্না'মুক্।

রাজ — চংখ্ ব রা মা বো !
বা শ ক্ল ম্লি ব নি ঐনা হল্লিনহনগে থাদা

ইথাগী ইচা নূপীবু' রাজ্য কাম্নদেদা।
তোল্লিদা ধর্ম্ম লৈতব রাজনীতি। কৌ, কৌ—
সৈন্য শিংবু।

যুবরাজ চংখিবা

মালিনীবু পুত্রনা সৈন্যশিং অমসুং প্রজাশিংনা
মৈরা অমসুং * সমারোহগা লোয়ননা চঙ্‌লকপা

ব্রাহ্মণ্ডিং জয় জয় লংলব পুন্যগী
মূর্ত্তিময়ী দয়া!

মহিষী (চেংঙ্কন্দুনা) মেমা, মামু, সর্বনাশী,
ও রাক্ষসী নূপী, ঐগী হৃদিন্তুংদা লৈবী
তমথিব নুঙ্গুম্বী, মিকপ্‌ অমাফাও থমদেদো
হৃদিগী মপান্দা— অত্থমক্তুদা কদায়দা
চংলুরি উং চায়রমত্থনা?

প্রজাশিং চৈবিমু চৈবিমু
মহারাণী! চংলুবনি অমুক্তুং ঐখোয়গী
য়ুমুদা ঐখোয়গী ইমানা।

চারুদত্ত ঐখোয়সি রাণীমা
কনামতমু ওইগ্রব্রা? দেবী দয়াময়ী
নহোইদৈ ওইরব্রা?

দেবদত্ত পুজরক্লে হন্না অমুক্
পুণ্যবতী স্না কোমুং লক্ষ্মীবু।

---

* A grand procession.

সোমাচার্য্য ইমা, তাওদো—

ঐখোয়গ্বু কাউবিরমুকো অমুক্। তাজগেদো
মরক্ মরক্তা শ্রীমুখবাণী, আশীর্বাদ
ফংজগে শুভকর্মদা। অচু ওইরবদি
থরাই-হি হিরম ফঙ্গনি ঈপাক্তা, য়েংহুনা
ধ্রুবতারা থুংনি মুক্তিনাক্তা।

মালিনী চৎমু থাপ্লা

নখোয় অরাক্পমখৈসে। ঙমিৎ খুদিং লাকৃউ
মা কোয়ংদা। খ্বাইপুম্ববু খোমহুনা পুরকুউ,
পুন্নমক্তা উননিভিও ঐদি। 'সিদা লৈনা
লৈগনি ঐনা নখোয়গী য়ুমদা পুরবাসী।

পুন্নমক্তা ঐখোয় ঙসি ধন্য ওইরে ধন্য ওইরে কাশী।
থোকখিবা

মালিনী ইপা-ইবুংঙো, ঙসিদি ঐদি ওইরে খ্বাইগী।
ফুং-কারম্মী আনন্দনা, জয় জয়ধ্বনি
লাউ-খৎলক্পা মতমদা হেক্, হুদি লিশিং লিশিং,
মুহূর্ত্তদা হোগায়হুনা।

রাজা কয়াত ফজবা

ঙসিগী ছবিসি! সমুদ্রমন্থন্দা লক্ষ্মী —
ফাওগৎলক্পা কান্দা, মাবু ইকোই কোয়শিন্দুনা
তারা লাউনা মৎকারম্মী ঈথক্ মপৈ মপৈ

অঙাওব জগোইদা, মহুগুম্না পা খ ৎ ল ক্ষ্মী
জন-সমুদ্র, ময়ায়দা নংনা লোক লক্ষ্মী।

মালিনী ইমা! চেক্পন্সিনা ঐবু অমুক্ ঙম্মবোইনে
লোৎপা। নঙ্গী লৈমংকোন্দা পুশিল্লক্লে ঐনা
প্রজাপুঞ্জ— লৈত্রে ঐগী দেহ, লৈত্রে বাধা
ঐসে বিশ্বসিগী প্রাণগুম্লে।

মহিষী লৈ রো 'তু দি,
বিশ্বপ্রাণ ওইনা। খ্বাইদু নঙ্গী ওইশিন্দুনা
লৈয়ু ইমাইনাক্তা। মপান্ থোক্কদবা লৈত্রে
অ সি দা পুরকউ নঙ্গী অচৌবা সংসার—
মাতা-কন্যা অনিপুম্না সেবা তৌসি মাগী।
অহিং য়াম্না থেংখরেদো, ফম্মু মানু'সিদা।
শান্ত ওইহল্লো ন শা বু—চাক্লিদো নমিত্তা
লংলব প্রাণগী জ্যোতি নি দ্রা গী আ বা ম
চাক্থেক্তুনা। ঙহাক্তংদি মেমা তৌ বিশ্রাম।

মমাবু আলিঙ্গন তৌদুনা

মালিনী ইমা, চোক্থরে ঐ হৌজিক্। থ্রুক্ থ্রুক্ নীক্লে দেহ।
কদায়দা চৎলম্বা থাদোক্তুনা মাতৃ স্নেহ
অচোব পৃথিবী-য়ায়দা। ইমা, নাউশুম্বিরো
উহম্বিরো। তপ্না তপ্না শকউ নাউশুম্ ইশৈ
অঙাং ওইরিবৈদা তাখিবহু। ঙসি ঐগী

মিত্তা শিঘ্ররক্লে ঈরা, অরাব-অমম্বা
কৃপ্‌ শিন্‌খরে প্রাণ।

মহিষী * বসুময়াম. + রুদ্রময়াম্‌,
বিশ্বদেবময়াম্‌, খ্বাইনা রক্ষা তৌবিয়ুকো
ঐহাক্কী কন্যাবু। মর্ত্যলোক, স্বর্গলোক,
কৃপা তৌবিয়ু -মঙ্গল ওইসণু, মঙ্গল
ওইসনু ঐহাক্কী কন্যা। হে সূর্য্য, হে বায়ু,
প্রণাম্‌জরি ঐনা—মাইকৈ ঙাক্‌পা পুম্নমক্কা
কোক্‌হন্বিযু মালিনাগী অমঙ্গল পুম্ব।
হায়না হায়না অঃ হা চোক্‌খব নয়ন অনি,
উইথরক্লে অমুম্‌ অমুম্‌। অঃ হা, অরাবনি,
চংখ্‌ সনু, চংখ্‌ সনু, ক্ষত্র-হৌদি পুম্ব।—
কিবনা নাক্লে ঐ-হক্‌চাং। নং-নচা নূপীগী
কৈ খেলানো মহারাজ! সংসার অপুম্ব
ওইরবা মাগী-শান্নপোং থম্বিদৌনি মাবু
নহাক্কী য়ুম্‌গী কাচিন্দা, নাউশুম্বিদৌবনি
খুৎ-থম্বান্না নাম্বিহুনা মাগী মরায়বক্তা!
ইঙক্‌ ঙাক্লে উরুবদা মহাক্কী থোদোসে।
শান্নপোংকী মপাচানা শান্নরেংসি মানা।
মহারাজ, সাবধান ওইয়ু তাঙ্গাসিদা।
নবধর্ম, নবধর্ম করিবু কৌবিবা

* বসুনিপান্‌। † রুদ্র তরানাথোই।

নহাক্কা ! কনা পুরক্পা নবধর্ম, — কদায়
মাগী লৈফম্—আতিয়া লৈরাংলা ! তাউরক্পরা
করি মৎ-কাব ঈচেন্দা — মমোস্নু মমাগী
তম্বাক্তগী সৎ চিংথোক্পা, ধর্ম কৌব্রা 'হুবু ?
য়াওবিরক্সুকো নহাক্কু কন্যাগী খেলাদা
মহারাজ ! হায়বিয়ুদো, গ্র হ-বি প্র শিং মা
তোসনু খ্বাই তিন্নজুনা শান্তি স্বস্ত্যয়ন, *
দেবপূজা। স্বয়ংবর সভা তিল্হন্নিরো
মালিনীগীদমক্ থিরো পুক্নিং চাব বর--
খেলা থ্গাইজুনা হুক্রসনু বরমালা
চেন্থ্গনি নবধর্ম, ঈংলগনি জ্বালা।

ইতি মালিনীগী অহুম্ শুব দৃশ্য ।

---

* A performance of solemn rites to secure prosperity or avert a calamity.

# মরিশুব দৃশ্য

## রাজ উপবন

মালিনী, পরিচারিকাশিং অমসুং সুপ্রিয়

মালিনী হাই হাই, করি হায়নি ! নংসু ঐহাক্কী থোঙ্‌জিন্দা
লাক্লবরা দ্বিজবর ! কৈ পাঁনি নঙোন্দা
করি তর্ক তৌনি ! করি শাস্ত্র উৎকদগে ?
নংনা খণ্ডদবা অতুবু, ঐনা খঙ্গদরা ?

সুপ্রিয় তর্ক তৌই শাস্ত্রগদি, তৌদে নহাক্কদি।
সভাদা পণ্ডিতনি ঐ, নহাক্কী চরন্দা
অঙাঙ্গী মতৌনি। দেবী, লৌরো ঐগী ভার।
পুবিদৌরিব লক্ষীদা, ঐহাক্কী জীবন
চংকনি লোয়ননা তর্কপূম্ব থাদোক্লনা,
ব্রা ঙাংদব ছায়াশুম্না থাংমৈগী মৈরীগী।

মালিনী হে ব্রাহ্মণ, মাঙিঙ হেক্তা লৈজব ক্ষমতা
ব্রাহে থিবা ফংদে প্রশ্ন নহাক্না হংবদা।
ওম্থোক্লা ঙক্‌ইদা ইপুক্লিংদা। হে সুপ্রিয়,
ঐঙোন্দগী করি খঙ্গে লাক্লিবা নহাক্ন্‌ !

সুপ্রিয় করিস্থু লৈতে খণ্ডনিংবা, পাম্‌জদরে জ্ঞান।
পাজরে শাস্ত্র পূম্নমক্‌, তৌজরেদো ধ্যান
তর্ক চাম—মত চাম। কাউহল্লো, কাউহল্লো

অখণ্ড্‌বমথৈ ঙন্নমক্‌ তাম্হোক্লো তাম্হোক্লো।
লম্বী ঋাঙিঙ লখাচামা, লৈ:তে:দা মঙান্ত
ইমা দেবী জ্যোতির্ময়ী—'হুনা পাম্‌জে ঐনা
ম ঙা ম্লৈ ই অ ম খ ক্রু‌ং ল‌ং ল ব ঋ জ ব
নহাক্কী অ স্তু র দ গী।

মালিনী হা হা, হে ব্রা হ্ম ণ
নহাক্লা নিরিব অ হু ক্‌ নি জ বু ঐহাক্লা
উবগুম্‌ তৌরি দ রি দ্র ম:তৌগুম্না। ঐগী
ম র্ম দা দে ব 'ম না ব জ্র :জ্যা তি ঙ ম্না
হায়বিরম্মী নো:ংমা সৌদামিনীগুম্বী বাণী
মা ঙসি কৈদা চংখ্‌বা! করিগী, ব্রাহ্মণ,
লাক্লম্‌:দে নং সুমিত্তু্দা—কৈ:দৌ অম্মুক্‌ কুইবা
শঙ্কাদা লৈরম্বা থাপ্না? বিশ্বদা থোক্‌পদা
ঙসি কিরক্লে ঐহাক্তি— নীক্‌খংলক্লে হৃদি,
করি তৌনি করি হায়নি খণ্ড্‌ববু ঙম্‌দবে—
মহাধর্ম হি দি ঙ্গা গী অ ঙাং হিনাউশাবী
খণ্ড্‌দে করিস্থ কৈদনো চংকদবা। খল্লি,
ইথন্তা মঙাইরে ঐদি, শঙ্কা লিশিং লিশিং,
অচৌব সং সা র, ম শিং না ই দ ব অরুব
লম্বী, জীব ম খ ল্‌ ক য়া দিব্যজ্ঞান লাকুই
*ক্ষণপ্রভাগুম্না ক্ষ ণ-অ ম গী দ ম ক্‌। নং

* Lightning.

মহাজ্ঞানীনি, সহায় ওইবিগদ্রা ঐগী ?

সুপ্রিয় মানিজনি মহাভাগ্য পাম্বিরব্দি ঐবু ।

মালিনী নীঙ্হন্নরক্পনা মরক্ মরক্তা থিংবগুম্ তৌই অন্তরগী ঈচেল্ পুম্ববু— তাউথোক্ই মিং অনি অরেম্ব-পিগী ধারানা বেদনা * অমদগী । খঙ্হোদনা ইশাগী ইথক্তা ·িংয়েং তাবগুম্ তৌরক্ই মী লিশিং মরক্তা । ফত্তবা মতম্ অহুদা নংনা ওইবিগদ্রা ঐগী বন্ধু ? মন্ত্রগুরু ওইবিহুনা পীদ্রা অনৌব প্রাণ ঐঙোন্দা ?

সুপ্রিয় লৈজগে তৈয়ার তত্তনা জীব মচাসি । ঐগী চিত্ত পুম্ব ইপাঙ্গন্না লংহন্দুনা; বুদ্ধি শান্তিহুনা, সমর্পণ তৌজগনি তত্বনা নহাক্কী থবক্তদা ।

প্রতিহারী চঙ্লক্পা

প্রতিহারী দরশন নিরি প্রজাশিংনা ।

মালিনী ঙসি য়াদে, ঙসি য়াদে, ময়াম্গী মফম্দা মিনতিরি ঐনা । ঙসি ঐগী কৈম্নু লৈত্রে । মরক্ মরক্তা অহাঙ্বা চিত্ত থল্হন্নিডিঙ—

* Sensation.

বিশ্রাম প্রার্থনা তৌরি ফকৃচিন্বা কোক্লবা।
প্রতিহারী থোক্খিবা

সুপ্রিয়রোম্‌দা

তাহল্লম্মিব ব্বা অহু হা য় যু দো ঐঙোন্দা,
নশাগী ব্বারীদো। ইঙক্ ঙক্ইদা তাবদা,
ফভিঙ অনৌব বারতা, উৎলি নবদৃশ্য
ঐগী মিত্তা। নখোয় খ্বাইগী অব্বা-মুঙাইমখৈ,
ইমুঙ্গী বারতা পুম্ব, শা াগ গী মতৌগুম
ঙম্নমক্ উবগুম্ তৌরি ইমিংনা শংশংনা।
ক্ষে ম ঙ্ক র হু বন্ধুরা নঙ্গী ?

সুপ্রিয় বন্ধু, ভাই,
প্রভু। সূর্য্যনি মা ঐগী, ঐনা মাগী রাহু,
ঐনা মাগী মহামোহ, মা অকম্ব বাহু,
ঐনা মহুগী য়োৎ থৌরি। বাল্য কালদগী
মাগী মবুক্ চেৎলি লেঙ্‌দে, চিংনব-ঈচেন্দা
তাউহনা লৈ ঐনা। 'হুবু তত্তনা ম হা ক্লা
ঐবু থম্বিরে মথাদা ব ন্ধু গী মা য়া না
চেৎনা পুন্দুনা প্রেমগী থৌ রি না, ব্বাদনা
স ন্দে হ তৌদনা ; চ ন্দ্র মা না পুবগুম্না
মুংশিনা নোক্লা মু খ ৎ প য়াত্রব কলঙ্ক
লোম্ব-লৈতব লম্বীদা। অ রে ম্বা নত্তেদো
কদৌঙৈদা বিধি-বিধি। য়োত্তনা শাব-হি

কম্বমখৈ কঞ্জসমু, কোন্দুনা থম্লব্দি
মথবাক্তা ক্ষুদ্র ছিদ্রতবু, নোংমা'মদি
বিপদসমুদ্রয়ায়দা উপায় লৈতনা
লুপ্পা তার্বনি শোয়দনঃ। কুইরব মরূপ্লোই,
নহাক্‌পু লুপ্‌হন্বা ঐনা—ইরম্মবনি'সি!

মালিনী লুপ্‌হল্লব্রা মাবু?

সুপ্রিয় দেবী, লুপ্‌হল্লেদো মাবু।
জীবনগী ধ্বারী পূম্ব হায়খ্রেনা নঙোন্দা,
শুপ্পা ব্বা অদুতা লৈরি বাকি। সুমিত্তুদা
য়েংথিবনা দয়া ধর্ম লৈতনা ঙংলম্মী,
নংবু কোয়শিন্দুনা মাইকৈ মরিদা—নথস্তা
মপুং ফাব মহিমাদা লেপ্তুনা খোংলস্বা
করম্ব রাগিনী! বাঁশী-.থাম্না মস্ত্র শুম্ব
বৈরী-ফণা লূক্‌থররমাল্লে নথুয়াদা
লাক্তুনা নহাক্কী। শুপ্পা বিপ্র ক্ষেমঙ্কর
লৈহৌই পুক্‌চেন্‌ নুঙ্গুম্ব, লেঙ্‌দব অন্তর।
থুং পায়হুনা নোংমা মানা হায়রম্মী ঐঙোন্দা।
'বন্ধু, চংলে ঐদি দেশ অতৈ অথাপ্পদা।
পুরক্লগা বিদেশগী সৈন্য বরুণাগী
মপান্দা ক্‌ক্তোক্কে মরূ ফংনা নব ধর্ম
পুণ্য কাশীদগী।' চংথরেদো মথুং হাঙ্‌না
অজ্ঞাত ভুবন্দা। শুপ্পা পুখরে লোয়ননা

ঐগী হৃদয়, অহুগা, অকম্ব প্রতিজ্ঞা।
মতুংদা করি থোক্‌খিবা ঐগী, খজিঙ নংনা।
ফংখ্‌মাল্লে ঐনা ইনৌ নৌব জন্মভূমি
মুমিত্তুদা চুহন্‌খিবা নংনা অমৃত-নোং
অকংব চিত্তদা। 'জীবশিংদা দয়া' খজিঙ
খ্বাইনা—য়াম্না লিব ব্রানি—'হুবু তাইবংসিদা
ব্রা হৈসিনা চহি লখা চূপ্পা লৈরম্বনি
সংসার-তোর্বান্‌ ব্রাংমদা। মাবু লাম্বিহুনা
নংনা ঙসি পুবিরক্লে সনাগী হিয়াঙ্‌দা
খ্বাই পূম্বৈ য়ুনখোং খুদিংদা। হৃদি অমৃতনা
খোম্‌ পীথক্‌পিখিব লাইগী অঙাং মচা অহু
পোক্লরে নবজন্মদা মানবগী য়ুম্‌দা
নহাক্‌পু 'ইমা' কৌহুনা স্বর্গ লৈ কদায়দা,
দেবতানা কৈদা—ব্রাহু খঙ্‌বিবা কনানো!
শূপ্পা খজিঙ আত্ম-গর্ব্ব বলি কখোক্লুনা
মুংশিগদবনি খ্বাইবু, বিশ্বগী * বেদনা
ওইগদবনি ইশাগী—অরৈব বাসনা
শূপ্পা ইশাগী দমক্লি, ব্রাবঙাক্লি 'হুনা।
যাগ-যজ্ঞ-তপস্যাদা ওইদেদো খক্‌ মুক্তি—
মুক্তি বিশ্ব সেবাদনি। য়ুম্‌দা হন্‌খিবদা
অথেংব অহিং অহুদা হায়রম্মী কপ্পুনা

* Agony

স্বর ব্বাংনা, 'বন্ধু, বন্ধু, কদায়দা চৎখ্রবা,
য়াম্না য়াম্না লাপ্না পীমাদব পৃথিবীদা
কোয়ঙাওনরি! মাগী পত্র ঙাইরম্মী —ফংলমদে,
তাদে মব্রা-মপাউ। ঐনা শূপ্না লাকৃই—চৎলি
সনা কোমু'মুংদা। মাইকৈ মরি দৃষ্টি থম্মী,
হৃডিঙদো বিদেশীশিংদা, কিনা কিনা লৈদো—
হিংহোম্বনা য়েংবগুম্না মমিং ইথক্ থক্লা
সমুদ্র ঈয়ায়দা— আকাশগী মফম্ কৈদা
নোং-মুংশিং কৃংশিম্বা। লাক্লে নোং-মুংশিং মমৈদা
পীকৃখ্রব পত্র'মা ওইনা। ইরকৃই মহাক্লা—
রত্নবতী নগরীগী রাজ গৃহদগী
সৈন্য পুন্থনা লাক্লে মা ঈগী-ঈ চেন্তনা
তাউ হন্নবা নবধর্ম— থাঙ্গৎনবা তোর্বান্—
থক্তা লূপ্রেু'রব পিতৃধর্ম, প্রাণদণ্ড
পীনবা রাজকন্যাবু। কম্ব চৈফুহ্নবা
থদৎলে লিরব থোরী মিৎকুপ্ অমত্তদা।
পত্র উৎলম্মী রাজাদা। মৃগয়া লেঙ্বোইনা
লোম্না লেঙ্বিখরে রাজা সৈন্যদল য়াওনা
লাকৃথ্নবা মাবু। ঐনা'সিদা থয়ো ওল্লি
পৃথ্বীথক্তা— য়ৈশিঙরি ইশাগী মর্মদা
ইশাগী য়া।

মালিনী হাহা, নংনা করিগী মহাকৃপু

লাক্‌হল্লিবনো অসিদা ঐহাক্কী থোঙ্‌জিন্দা
সৈন্যশিঙ্গা ? য়ুম্‌সিদা মা লাক্‌না চঙ্‌নিদো
পূজ্য অতিথি মতৌগুম্—মাগী স্বদেশদা
হল্লক্লিদো কুইনা লংকৈ চংলুবনা ।

রাজা চঙ্‌লক্‌পা

রাজা লাউদো

আলিঙ্গনগে সুপ্রিয় ! চংলুই শুভক্ষন্দা
বারতা ফংহুনা । বন্দীরে ক্ষেমঙ্কর বু
ইব্রা ব্রাদনা । খজিক্কুং থীস্থরম্লবদি
অতুপ্ন-কোক্লুং লেম্ফ্‌দা তারম্নিদো দং দং
ভয়ঙ্কর বজ্র, নং হৌরো ইদবনি হেক্তা
হৌগংফাওবা । আলিঙ্গন তৌগে লাউ ঐহাক্কী
বান্ধব, আত্মীয় নংনি ।

সুপ্রিয় ক্ষমাবিয়ু ঐবু
মহারাজ !

রাজা নত্তে শূন্যা শূন্য আত্মীয়তা
প্রিয়বন্ধু ! খনুগমুকো অসি গুস্ব ব্রাসি—
রাজ-আলিঙ্গন্না লোইরে নঙ্গী পুরস্কার ।
করি ঐশ্বর্য্য পাম্বগে ? করম্ব সম্মান
অনৌব শেম্‌গনি নঙ্গীদমক্ ? হায়মু থুনা ।

সুপ্রিয় কৈস্থু নত্তে, কৈস্থু পাম্‌দে, চানি ভিক্ষাহুনা
থোঙ্‌ খুদিংদা ।

রাজা — সত্য হায়য়ু, রাজ্যখণ্ড পাম্বা ?

সুপ্রিয় — রাজ্য ! কৈদৌননি ।

রাজা — ওহো, খণ্ড্‌লেদনা'ছদি
করি পোম্বা থোইনিংবগে, করম্ব চন্দ্রমা
নখুৎনা ফংনিংবা । ফরে, থুংহন্নি অপাম্বা
হায়য়ু কিবা তৌম্ন । করি অসম্ভব আশা
লৈ পুক্নিংদা, হায়য়ু শেংনা । কৈদৌ নরোম্থোক্কে !
ইকুইবু কুইত্রিনা, বিপ্র, মত্থু নীংশিঙিঙনি—
ইচা মালিনীগী নির্বাসন তৌনবগী
মাঙ্‌-থারম্বনি নহাক্না । ঙসি অমুক্ হন্না
তৌগেরা প্রার্থনা অছু ? রাজকুমারীগী
নির্বাসন পিতৃগৃহদগী ? সাধনানা
ঙমদবা লৈতে করিসু—সিদ্ধ ওইনি বাঞ্ছা,
ভরসা থম্মুদো থমোইম্নুংদা । তারো'ছদি—
জীবন শক্রবী মেমা—নহাক্কী নথরাই
কন্নি খুবা গুণচেম্ব বিপ্র সুপ্রিয়সি
খাইনা চাম্বনি, নিংথিজৈ মশক্-মতৌ, মাবু--

সুপ্রিয় — তপ্‌থবিখো তপ্‌থবিখো, ঙাইবিখো রাজন্ !
হে দেবী, ভক্তি খুদোম্না আজন্মগী ফংলে
ইষ্ট দেবতা খু য়ুম্‌দা দরিদ্র কয়ানা—
অহুম্না ফংলম্নবদি ঐহাক্কী দেবীবু—
লৈরম্নিদো সীমা লৈতমখৈ ধন্য ওইনা ।

রাজসনা খুত্তগীবু পুরস্কার লৌবা!
করি তৌখ্রবা? ঐহাক্তী নহা ওইরিঙৈদে
বন্ধুত্ব য়োম্মো ক্লবরা—ঙসিবু মহুগী
মহুত্তা পুগত্রা ইকোক্‌খোংনা ইয়ুম্ ভাম্না
মপুংফাব মহৈয়াম্বা? তপস্যা তৌহুনা
নিজনি পরমসিদ্ধি জন্মলোম্ব-ফাওবা—
জন্ম অতৈদা ফংলব্দি অহুসু ওইসন্নু—
বন্ধুগী বিশ্বাস মাঙ্‌হল্লগা ফংজনিংদে
স্বর্গলোক্ তরেৎ। নীংবা থুংলে নংদি দেবী,
সেবাহুনা নঙ্গী অন্তরগী মহত্ববু
ফংলেদো অনন্ত শান্তি—ঐদি অতোম্বনি
লম্বীদা কোয়চচ্চত্তুনা লাইবক্লা তন্ধনা
চোক্‌থরি নিজ ভারনা। নিজররোই অতৈ
করিসু—জগতথুংনা পীব শুভইচ্ছা,
অহুগী মরিক অমতং পীয়্ খঙ্গিহুনা,
অভাগাদা নবুক্ থোক্লা।

মালিনী রমণীগী মনঃ;
কদায়, ক্ষমহুনা কপ্‌চোদো হৃদি-লকাম্নুংদা
মধ্যাহ্নদা 'চীক্‌প নহুমদা চাম্নব-কায়নবী
খুহু-অমোমগুম্না! করম্ তৌবিরবা পাবুং
বন্দীগী বিচার?

রাজা প্রাণদণ্ড তৌনি মাগী।

মালিনী ক্ষমাবিয়ু— মসিত নি প্রার্থনা দি ঐগী নখুয়া দা।

রাজা রাজবৈরী, ক্ষমাদোবা মাবু মেমা ?

সুপ্রিয় বিচার তৌবগে কনানা কনাগী সংসারদা ? মহাক্রবু পাম্নবা নঙ্গী সমুদ্রয়োব মহীবু মহারাজ ? মানা খল্লি, ধর্মবৈরীনি নং, লাক্লবনি মানা বিচার তৌনবা নঙ্গী মপাঙ্গল্লা। পাঙ্গন্ হেন্ব মা দি বিচারক্কি! ঙসি ঙম্লব্দি মানা লাই-নোংদম্লা — বিচারক শানঃ মানা ফম্মিদো, ওইরম্লি নং দোষী।

মালিনী কল্ল্ প্রাণ মহারাজ! উপকার নীং শিংহ্না তুংদা কান্নব-তৌব বন্ধুদা পীয়ু নং পীনিংবা, লৌনি মানা তরাম্ তরাম্।

রাজা কম্দোবা সুপ্রিয় ? তৌগব্রা বন্ধুদা বন্ধুদান ?

সুপ্রিয় পুন্সি চুপ্পা নৈরনি কাউদনা নঙ্গী কৃপাগী লম্নসে নররাজ!

রাজা 'হুবু মহু মমাঙ্দা অমুক্তং

য়েঙ্গে পরীক্ষা তৌহনা মহাক্তী বীরত্ব।
য়েঙ্গে মৃত্যু কিবদগী লেঙ্‌ব্রা-লেঙ্‌দবরা
কর্ত্তব্যগী শক্তি। ঙাক্লি মহত্বগী মৈরা
তারাগী মতোওম্‌, মৃৎলি থাংমৈ নোং-লুংশিংনা
তারাদি মৃত্তেদো। ব্রাসি খন্ননি মতুংদা।
ফঙ্গনি নঙ্গী বন্ধুবু নহাক্লা, মরক্তা
মরম্‌ ওইরি ঐনা। দান'হৃদা পেক্সবদি
নপুক্লিং পীনি অতৈক্সু। মনা ওইনা নত্তে,
রাজাগী হৃদয় নংনা তৌখরেদো হৃদয়
মতুদগী লৌ খন্দুনা খাইদৈ ফব রত্ন
হৃদয়গী। কন্যা, কৈদা লজ্জাসি লৈরম্বা
অম্বুক্‌ কুইবা! বালিকাগী লজ্জাভয়-শোক
লংশেক্ত্‌না ঙাক্লম্বনি মক্তব মঙাম্না
থাঙ্‌ব-ব্রানা লংনা। কদায়দগী লাক্লে ঙসি
পি তরং তরং শিন্থনা তনিকৃপ লজ্জাসি —
অচাকৃপ-হোম-অগ্নিগী মৈরী থাদোক্ত্‌না
তদেক্লা থোরকৃপওম্না থোৎনা-মেঙ্‌না নৌবী
দ্রুপদনন্দিনী।

সুপ্রিয়রোম্‌দা

ইখোঙ্‌ থাদোকৃউ, হৌগৎলু।
ইবুঙো, লাউ কোন্‌গে! ফুম্বংহল্লে মুঙাইবনা
অরাম্ব অয়াবওম্না। ব্রাই শংহল্লু ওহাক্‌,

য়েঙ্গে প্রাণ প্রতিমাগী থাজ-ভম মায়থোং
অচিক্পদা হরাও হরাও ক্ষণ অ ম ত্তুং দা।
সুপ্রিয় থোক্খিবা

মথন্তদা
অসুক্ কুইরব-মত্তুংদা ঐ গী মা লি নী গী
মমায় ভাঙ্লে ইকাইবগী মভাম্না। উযাগী
মখজায় হেক্ ভাঙ্লক্পদা, খঙ্নৈদনা, মাগী
রবিদেব থোরক্পগী মতম্ কুইর-রাই মুক্।
অভাঙ্ব আ ভা স অসি উবদা ঐ-থমোই
থ ন্ গ ৎ ল ক্লে আনন্দনা- ইপুক্লিংদা খঙ্লে
ঐখোয়গী কন্যা অসিমু শাৎকাইরক্লমাল্লে
অ সু ক্ কুইরবদা—দেবী নত্তে, দয়া নত্তে,
ই চা নি ঙো ম্নি মা।

প্রতিহারী চঙ্লক্পা

প্রতিহারী — জয় মহারাজ, বন্দী
ক্ষেমঙ্কর সনাথোঙ্দা।

রাজা — পু শি ল্ল ক্ উ মাবু।

য়োৎহ্লিং থাংব ক্ষেমঙ্কর চঙ্লক্পা

মমিৎ কৃপ্তে, মরায় কাণ্ডিভ, পীশুম্ অনিদ্ধুদা
কুংশিন্না লৈরি নোং মুংশিৎ, হিমাদ্রি মতোন্দা
পন্দুনা লৈব নোঙ্মুন্না।

মালিনী — য়োৎকী য়োৎহ্লিংফলাং

নিন্দারে মথন্ত হীক্থরমাগ্লে লজ্জানা
অজহুগী'থক্তা। মহত্বগী অপমান
শিজৈ অপমান্না। থন্য থম্লি ঐগী-প্রাণ
ইন্দ্র মাম্ব মূর্ত্তি উজবদা।

রাজ বন্দীরোমদা করি বিধি
লেপ্‌খ্রে তারবরা?

ক্ষেমঙ্কর মৃত্যুদণ্ড।

রাজা কল্লবদি
প্রাণ অহু, ক্ষমা তৌরবদি?

ক্ষেমঙ্কর অমুক্ হন্না
থাজত্‌না পুবা তাবে কর্ত্তব্যগী ভার—
চৎলম্লিব লখ্বীহুদা চৎপা তারেদনা
অমুক্ হন্না।

রাজা যেসা মওংদা হিংনিংদ্রেদনা।
ব্রাহ্মণ, তৈয়ার তৌরো মমতা থাহুনা
জীবনগী। মতম্‌সিদা নিজহৌরো'হুদি
প্রার্থনা তৌনিংবা-অহু।

ক্ষেমঙ্কর লৈতে অতৈ কৈস্নু,
বন্ধু শুপ্রিয়বুতদি—উনজনি ভিঙ্ঙ ঐ।
প্রতিহারীরোম্‌দা

রাজা কৌশিল্লকৃউ মাবু।

মালিনী — থুক্ থুক্ নীক্ইদা থমোইসে।
করিনো পরমা শক্তি লৈরমা লে মমার
'ছুদা বজ্রমুক্ তম্থিব। ঙাকপিয়ুদো পাবুং।
পুরকনু সুপ্রিয়বু।

রাজা — করিগী শঙ্কারি
অরেম্বদা? ভয় কৈস্নু লৈতে।

ক্ষেমঙ্কর মনাক্তা সুপ্রিয় চংলকপা

ক্ষেমঙ্কর — আলিঙ্গন য়াদনা — করে, ভাইথো,
হায়গদবা অরৈমথৈ হায়খিগে হান্না—
তুংদা তৌনি চান্নবৈ সম্মান। লাউ অসিদা।
খঙহ্ সখা, রাহৈ নঙিঙ ঐদি-রাহৈ য়াম্না
থোরক্কে চীন্দগী। মতম্ লৈতরে-কুইনম্নু,
ঐহাকী বিচার শেষ ওইরে—ঐনা হোজিক্
তৌনিঙিঙ নঙ্গী বিচার। হায়বুদো ঐঙোন্দা
কর্মসি কৈদো তৌরিবা।

সুপ্রিয় — বন্ধু অমা লৈরি
খ্বাইদৈ হেন্ব, মহাক্ ঐগী আত্মাগী স্বরনি,
পুন্নমক্ থাহনা থম্নে মাতগী বিশ্বাস—
প্রাণসখা, ধর্মনি মা ঐগী।

ক্ষেমঙ্কর — খঙিঙ খঙিঙ
ধর্ম নঙ্গী কনা। আহূ ঙক্কব মায়থোংসে
জ্যোতিঙারি মুংদা, মূর্ত্তিপাবী দৈববাণী

রাজকন্যাশানা, বেদ মরিদগী সখা
পিতৃধর্ম-মুন্দুনা মিৎস্না মঙান্দুদা
কৎলেদো আহুতি নংনা। ধর্ম'হুনি নঙ্গী।
প্রিয়মুখ'হু দা নংনা শেন্নবা অনৌব
ধর্ম শাস্ত্র ঙসি।

সুপ্রিয় সত্য খঙ্লেদনা সখা।
ঐগী ধর্ম কূম্থবিরে 'তোম্ব মর্ত্তলোক্তা
আদৈ নারীমূর্ত্তি ওইনা। শাস্ত্র অমুক্ কুইবা
ইনাক্তা লৈরম্মী অন্ধপ্রাণ শূন্য ওইনা;
নয়ন অনি অহুদা ঙাম্লি মৈত্রী লংনা,
মঙান্দুদা পারে বিশ্বশাস্ত্রদা ইরিবা—
ধর্মদি দয়া লৈফম্দা, প্রেমগী লৈফম্দা,
মানব লৈফম্দা, 'হু গা মানবগী য়ুমদা।
খঙ্লেদো—ধর্মনা পীবি স্নেহ মাতাশানা,
পুত্রশানা স্নেহ লৌই হন্না; দাতাশানা
তোই দান, দীন-শানা লৌইমহু; ভক্তি
তৌই শিষ্যশানা; তৌই আশীবাদ গুরু
শানা; প্রাণপ্রিয়া শানা নুংসুম্ব হৃদিদা
চিংথোক্ই প্রেমগী ঈফুৎ, * অমুরক্ত ওইনা
তৌই সর্বত্যাগ। থমোই-লাং-থাক্ই ধর্মনা
বিশ্বগী মীয়াম্গী লৈফম্দা, সংসার পূম্বমু

---

* Devoted to

চিং শিল্লি প্রেম-তম্বাক্তা, মহা-নৈপুন্দুনা
থল্লে অন্তর ঐ হাক্কী, আনন্দ বোধনা
য়েভিঙ উষাদোনা ভাঙ্ব চাম্বিব মায়খোংদা
ধর্ম 'হুনি ঐগী।

ক্ষেমঙ্কর ঐদি মাবু উখিদরা?
ঙহাক্ মম্মম্বদা ঐহাক্নমু খল্লম্দরা
অনাদি ধর্মনা লাক্লে নারী মূর্ত্তি শানা
অকম্ব নিপাগী মনঃ পুনবা মুন্দুনা
স্বর্গ পাংনা? ঙহাক্তঙ্গী মুগ্ধ হৃদয়দা
পোক্খিদরা † স্বপ্নাবেশ? অঙকপ সঙ্গীত্তা
ঐগী থবাক্কী পোঞ্জক হৌগংলম্মী কপ্পা।
বাঁশী লিশিং মতৌগুম্না — মহে য়াম্ব পুম্বা
জীবনগী, যৌবনগী আশাগী অপাম্বা
পীব-উরীনা ঐহাক্কী হৃদি লকান্নুংদা
কোইরে নৈনা চোংলমাল্লে ক্ষণ অমত্তদা
ময়োন্-মনা-মপান্ পুম্য়োম্ য়োম্হুনা। অহুবু
ফ্র. কন্দুনা থদংখিত্রা মায়া কিশিহুবু
দেশ খুদিং য়ুম্থোঙ্ খুদিং থুংনা চৎখিদরা
ভিখারীগী মতৌগুম্না কোক্তা পুখিদরা
অপমান চাম নখুত্তগী — থাঙ্খিদরা
নিতি, আজন্মগী বন্ধু, নহাক্কা কায়নবা?

† under the influence of dream.

সিদ্ধি ফংদৌরব কান্দা— করি নংনা 'সিদা
তৌরে — মুঙাইনা ত ন্দে না রাজগৃহমুংদা
ম পু ক্লিং মা পা ম্ব ধর্ম করি শে ম্ল ম্ল বা
কুইনা থানবা অসিদা !

স্বপ্রিয় বন্ধু, সং সা র 'সি
য়াম্না চাউত্রনে ? লৈত্রনে মী মশিং নাইদনা,
ঙক্কু নে স্বভাব ? কনাই করি প্র য়ো জ ন
মহু নং থঙভত্রা ? তারা কোটি আকাশদা
অ হিং খু দিং খৎন-চৈনবরনে ম খো য় না
ক্ষেমঙ্কর ! ঙা ন্ হ ন্দু না ম হু ম্না ম শা গী
জ্যোতি ধর্ম কয়া হৌরি, ক্ষতি করি'হুদা !

ক্ষেমঙ্কর করি কান্নদগে বন্ধু ? লো ই খ রে সময়,
কা ন্ন দে অন্নাই-অথুম্না, তর্ক তৌরম্ব'মুক্ ।
সত্য মিথ্যা খৎ ন দ না খং ন না লৈ ন বা
মফম্ অদুক্ লৈতে, লৈতে অপার বিশ্বদা ।
অম্ন ওইনা ফো-হৌরিব 'হুদা ম ত ম্ চুপ্পা
থানি মহুগী ম র ক্তা ইনৌনৌব তিং খং,
স্বপ্রিয়, প্রেমদি অদুক্ বিশ্ব প্রেমী ওইদে ।
লৈরম্মী ম ত ম্ কুইনগী থাজরব প্রেম,
পু র ক্ পা বিশ্বাস-ঘাত মা গী হৃদিক্সুংদা,
ঐগী বন্ধু, উদারতা অদুক্ উ দা র রা ?
কনানা ধর্মগীদমক্ ওৎ-নৈবা খা ঙ হ্ন না

মকম্-মতম্ চাদবদা শিরি চোরশুম্না;
কনা'মনা ধর্মব্রত মহৈ য়াল্হন্দনা
হিংনি মুঙাইনা সম্মান লৈনা, পৃথ্বীসিনা
অসিগুম্ব বিপরীত ধর্ম পুরি থাদা
অম্মুক্ চাউব অম্মুক্ চেৎপ ওইররোই কদৌঙে।

সুপ্রিয় মালিনীবোম্দা ওয়িন্দুনা

হে দেবী, নঙ্গী জয়নি। নখুৎ থম্বান্মক্না
পবিত্র মৈরা নহাক্না ঐগী অন্তরদা
থাম্বিখিব—'তুগী ডসি ওইরেদো পরীক্ষা—
ওইরে জয়ী নংনা, দেবী! অপমানপূম্ব
তমথিব চৈকু পূম্নমক্ থাঙ্খরে লৌখরে।
ঈ-পাবৎলক্কুনা কাপ্পি ঈফুৎ মতৌগুম্না
হোগায়ব হৃদয়দগী — তুবু ইরং লভিঙ
নঙ্গী শান্তি, নঙ্গী প্রীতি, নহাক্কী মঙ্গল
মক্কুব, লেঙ্দ্রব জ্যোতি ঙাল্লি ইরং লংনা
থ্বাই-মথক্তা। ডসি লোইরে ভক্তগী পরীক্ষা,
জয় দেবী!

ক্ষেমঙ্কর, প্রাণ থানি নংনা
ঐহাক্কী ধর্মগীদমক্ দান তৌখ্রে ঐনা
প্রান্দগী হেন্না মুংশিব নহাক্কী প্রণয়
নহাক্কী বিশ্বাস। মাগী কাদা প্রাণভয়
তুস্থনি চামরক্।

ক্ষেমঙ্কর — তোক্রো চোইরোন্ পারোন্ অহু।
মৃত্যু কৌবদো মাবুত খণ্ডিঙ ধর্মরাজ—
ধর্ম পরীক্ষাদি মাগী নাক্তা। বন্ধুবর,
লাউ অহুদি ইনাক্তা লাউ, পায়ম্ ঐগী খুৎসে।
চৎলসি ইবান্নি মকম্ অহুদা পূম্নপা
অঙাং ওইরিঙৈগীগুম্না, নীংশিংলিনি মহু,
কয়ানি তর্ক তৌহনা অহিং চুপ্পা, তুংদা
নোঙঙাখদা চৎলখদাই ইবান্নি গুরুগী
নাক্তা কনা চুম্মী কনা লান্নি লেপ্পবগী।
নোঙঙান্সহু মহুঙম্না। সংশয় পূম্নমক্
ঙসি পুহনা চৎলসি চিংনদব থাম্দা,
লেপ্প্সি মৃত্যুগী নাক্তা য়েত্তা 'হুগা ওইদা
মখা অনি, প্রশ্নমপৈ পুহনা অনিগী।
মকম্ অহুদা প্রত্যক্ষ সত্য ঙাম্নি-থাংনা—
মিকুপ্তা চীঙ মানব বিচার-বিরোধ
মনিন্দোনা মাঙনি খাই! অপংব অনিনা
হরাওনা নোকনি'নিনা অনিবু য়েংহুনা।
খ্বাইদগী চাউবনি হায়না ঙসি খল্লিবহু—
য়েঙঙ্ মহুবু খিন্দুনা মৃত্যুগী মমাঙ্দা।

সুপ্রিয় — বন্ধু, করে' হুদি।

ক্ষেমঙ্কর — লাউ অহুদি, লাউ কোম্নগে।
য়াম্না থাপ্পা চৎলুরেদা, লাউনাক্তা অহুদি,

অনন্তকাল কা য় ন র য়ো ই দ ব ম ক ম্ দা।
লৌ কো'হ্ দি ব ম্ভূ দ গী ক রু ণ-বি চা র
লৌ য়ো অ সি।

য়োৎখিংনা সুপ্রিয়গী কোক্তা থাবা অচুপা মহাক তুখিবা

সুপ্রিয় দেবী ন ঙ্গী জয়। মৃত্যু

গৃভরেহগী মথক্তা তাদুনা

ক্ষেমঙ্কর হুন্দমু্ক্তি

কৌয়ো, কৌয়ো মীহাৎপবু।

রাজা সিংহাসন থাদোক্নু' থাঙু পুরকৃউ, কনা
লৈহৈ !

মালিনী ম হা রা জ, কম্বিয়ু ক্ষে ম ঙ্ক র বু।

মূর্ছা ওইবা

ইতি মালিনীগী মরিগুব দৃশ্য।

যবনিকা

ওঁ তৎ সৎ

শ্রীকৃষ্ণার্পনমস্তু

ওঁ শান্তিঃ! শান্তিঃ!! শান্তিঃ!!!

ঋষিঋতু গ্রহ নিশানাথ খৃষ্টাব্দগী
চন্দ্রমা থাগী গ্রহেন্দু সুমিত্রা সমাপ্ত।

---

# অরান্ব চুম্থোকুপা

| লামায় | পবেং | অরান্ব | অচুম্ব |
|---|---|---|---|
| ১৩ | ১২ | ভগৎবন্ | ভগবন |
| ৩৬ | ১২ | হোৗজিকস্ন্ | হোৗজ্ঞিক্সস্ন্ |
| ৩৯ | ৭ | বিপ্লবগী | বিপ্লবগী |
| ৪৭ | ৭ | খণ্ড্নি | খাড্নি |
| ৪৪ | ২১ | উইহখিরো | উইইহখিরো |

---